# রাহংদি লৈরে, পাউখুম্মদি লৈত্রি



মধুমঙ্গল

নীংশীংবগী মমি শাল্লক্ক বা,
কুইরবা তুংশিদা -
ঐগী ইপা পোকপী ইবেম্পোক
৺ চাউবীয়াইমা দেবীগী মফমদা
নশুগী খুদোলশি তমজরি ।

# WAHANGDI LEIRE, PAOKHUMDI LEITRI

*A Collection of Seven Short Stories Written by Kangujam Madhumangal Singh. Published by M/s Petelin Publications, Kakwa Lamdaibung, Imphal, Manipur (India) - Pin 795003 with the financial assistance from the Deptt. of Art & Culture, Govt. of Manipur. First Edition : 1997 Printed at M/s 2000 Plus, Lamlong Keithel, Imphal.*

## ৱাহংদি লৈরে, পাউখুমদি লৈত্রি



| | | |
|---|---|---|
| অহানবা ফোঙবা | ঃ | ১৯৯৭ |
| কোপী | ঃ | ৭০০ |
| অফোঙবা অমসুং ফংফম | ঃ | পেতেলীন পব্লিকেসন্স, ককৱা লমদাইবুং, ইম্ফাল |
| মখুম কনসীভ | ঃ | কে তেলহৈবা |
| মখুম ফোতো | ঃ | হেমন্ত নিংঙোম্বা |
| মখুম গ্রাফিক | ঃ | এসঃ আইঃ এন্দ কোং, পাওনা বজার |
| [illegible] | | ২০০০ প্লাস, খুরাই লমলোং কৈথেল |
| [illegible] | | অফোংবা |
| [illegible] | | [illegible] |

# ৱহৈ অমা

মীওইবগী চহি হায়বসি য়ামখৎলক্কনু হায়বা য়াদে । অসুম অসুম য়ামখৎলকই । নুমিৎ,থা, থৱানমিচাক্কিদি মখোইগী খোঙচৎ কাইদে, পোকপা শিবা নাইদে । অদুবু মীওইবা ঐখোয়গীদি পোক্লকই, চাউরকই, অহল ওইশিল্লকই অদুদগীদি তাইবঙপাল থাদোক্কুনা চৎখিনবগী মতম লাকই । শিদ্রিঁৎদা মীওইবনা মানা মানা পামজবা খরা খরদি তৌনিংঙি । তৌনিংবা কয়া, পাংথোক্লিংবা কয়া পাংথোকপা ঙমদনা শিখিবনা কোঙ্গাইনি । ঐহাক্সু পাখৎলি, পাংথোক্লিংবা অমত্তা পাংথোকপা ঙমদনা সুম তোক্লদ্রা ?

ঐহাক অঙাং ওইরিবৈঁদগী সাহিত্য পামজরকই । পামজবগী ৱানি, হিরমশিদা চংশিল্লুবদি ঙমদে । অঙাং ওইরিবৈঁ, নহা ওইরিবৈঁ মতমদা স্কুল কলেজগী মেগাজিন্দা ফোঙনবা শৈরেং অমদি ৱারী মচা ইদুনা শান্নে । ফজব্রা ফজদব্রা খংদে । অদুবু মরুপ মপাংশিংনা লৌনখিবনা অয়াম্বা ওইখ্রে । মদুদগী লেমহৌবা খরগা নৌনা ইবা খরগা খোমজিঞ্জরগা হন্দক্কি লাইরিক মচাশি পুথোকচবনি ।

মীওইবগী পুন্সি খোঙচৎ হায়বা অসিসু মখল মথেলনি । সরকারগী মথক্তা লাল হৌনবা ইনশিল্লি হায়বগী নাম্মদা ঐহাকপু ফাবীদুনা ইম্ফাল জেলদা থা খরা থম্বীখি । মতমদুদা ৱারী মচা খরগা, "ললাপীতম্বর" হায়না মিং থোনবা লিলা অমগা ইবগী খুদোং চাবা ফংখি । জেল মনুংদা ইখিবা ৱারী মচাশিংগী মরক্তগী ৱারী মচা অনিখক লৌখৎতুনা লাইরিকশিদা হাপচরি । লিলাদুমদি ফোংবা ঙমগদ্রা ঙম্লোইদ্রা ভাব তাদ্রি ।

ঐহাক্না ৱারী মচাগী লাইরিকশিমত্তং ফোংনিংবগী ঈথিল অসি উবদা, মনিপুর সরকারগী হোর্টিকলচর ডাইরেক্তর শ্রী রাজ কুমার কিরন কুমার সিংহনা ঐঙোন্দা তত্তনা পুক্লিং থৌগৎপীখি । মদুগীদমক সনখ্যাবু কাউবা ঙম্লরোই ।

অরোইবদা লাইরিক অসি ফোংনবা হোৎনবদা তেংবাংবীখিবা ১সুং পুক্লিং থৌগৎপীখি । পুন্নমকপুসু তৌমল খংবা উৎচরি ।

অকুপ্পা

# য়াওফম

# ব্রাহংদি লৈরে,
# পাউখুমদি লৈত্রি

মল্লি মল্লিবা অদুদা হৌরপ তৌবা খোঞ্জেল অমা তারকই —

"অথং ! অথং ! অথং লৈব্রা ?"

শম্বল ব্রাংমদগী মরোলদা কৌরকপা খোঞ্জেল অদু অথংগী নাকোংদা হুৎচিন্দুনা চংলকই।

য়াচংবগী তরং তরং হুন্দোরক্লিবা তরামরিনি পানবা থাজগী মঙালদুদা চেন চোংদুনা শান্নরিবা অঙাংশিং অদুগী মতৌ য়েংনা য়েংনা অথংনা ব্রাখল অমত্তা তৌদবমখৈ খুমখি - 'হোই'

মখাসু অমুক মরোলদা তাখি -

"কনানো ? গেৎলোমদা চংলকও।"

গেৎ ৱাংমদগী লাওরকই -

"গেৎ হাংদোকও"

শান্নরম্বা অঙাংশিং অদুগী মরক্তা য়াওরিবা অথংগী পীক্লিবা মচা নুপা অদু গেৎ তম্না চেনশিনখি। গেৎ হাংদোক্লুই। মহাক্তি গেৎ হাংদোকপগী এক্সপার্টনি।য়ুমদুদা লাকপা মী খুদিংমক্কি গেৎ মহাক্লা হাংদোকই।

খুদক্তা ৱাং চাউরবা মীওই খরা নোংথাংগী মতৌগুম হোৎচিল্লকই। অথংবু পুমকোই কোইশিল্লকই।

অথংদু করিমত্তা শেম শাবা নংহৌদে। চেনশিল্লক্লিবশিং অদুগী মরক্তগী অমনা খংহৌদনা পুথোরকপা অকনবা পোৎ অমনা অথংগী নারুমদা কিৎ নম্লকই।

অথং স্বাই লাওই।

নারুমদা নম্লক্লিবা পোৎ অদুগী শাফু খরা য়াওই। নাবদি নত্তে। অদুবু খংহৌদনা অইংবা পোৎ অদুগী ইং ইং লাওবদু অথংগী লৱাই লেম্ফু য়ৌনা ফাওরকই।

নিপাদুনা হুকুম তৌরকই —

"লেংগনু ! ঐখোইনা হায়বা য়াও। নত্ত্রবদি ঐখোইবু ফত্তবা তাহনগনু।"

থাবলদুদা শান্নরম্বা অঙাংশিংদুদা ওনশিল্লদুনা, লাক্লিবশিংদুগী মরক্তগী অমনা খোল কল্লপ ঙংলকই —

"অঙাংশা লাংগনু ! মফমদুদা তুমিন তুমিন ফম্মু। নত্ত্রগা নয়ুম নয়ুমদা চৎখ্রো। হায়বা ইন্দ্রবদি নখোই মসি উরেদনা।"

অমম অঙাল শিন্নবগী তরং তরং হুন্দোরক্লিবা থাজগী মঙাল অদুদা নুপাদুনা জেকেৎ মনুংদা নাকন্দা য়াল্লম্বা খুদুপমুক শাংবা পোৎতু পুথোরক্লগা অঙাংশিংদুদা উৎলি। লাক্লিবা মীওই পুম্নমক অদু মদুগুম্বা পোৎ অমমম লোইনা য়াল্লম্মী।

হৌজিক কালশিদদি অদুগুম্বা পোৎ অদু পীক্লিবা অঙাং ফাওবনা তোইনা তোইনা উরে। পোৎতুগী মগুনসু খংঙি। অঙাংশিংদু তুমিন তুমিন লৈনৈ।

অঙাংশিংদুগী মরক্তা য়াওরিবা অথংগী পীক্লিবা মচা নুপা অদুতংদি অথংদা মমিৎ কুপ্তবমখৈ য়েংদুনা লৈ। মহাক মপাগী মনাক্তা চংশিন্নিংঙি। অদুবু চংনবগী থৌনা অদুদি লৈরমদে।

অথংদু হৌজিক জ্ঞান নিংথিনা তারে।

মথৌনা ফবগীদমক্তি অথংদু মাগী মরুপ মপাংশিংনা তত্তনা থাগৎনৈ। অদুবু অথংনদি মাগী মথৌনা ফবগী মথক্তা মহাক ফনা শিংবা মী অমসুনি হায়না মতোমতা মপুক্লিংদা চাউথোকচদুনা লৈজবনি। অদুবু মহাক হৌজিক খংলে মদুদি মহাক্না খঞ্জবগী মতিক শিংবা মী অমদি মহাক নত্রে।

নুমিৎতুদগী থা অমরোমগী মমাংদা থোকখিবা থৌদোক অমা ইনৌ নৌনা নিংশিংলকই। থৌদোক্তুগী মতুংদগী মহাক ঙরাংতা ময়ুমদা হল্লকপনি।

থা অমগী মমাংদা থোকখিবা থৌদোক অদুতা নত্তনা লিরবা থৌদোক

কয়াসু মমি শামি নিংশিংলকই ।

হৌজিক্তি মহাক লেংফম লৈত্রে ।

অথংগী মরুপ মপাংশিংনা হায়বগুম্লদনা মহাক মথৌনাদি লৈবা নিপানি । মপুক্সিদা নিপা থোকপা, অকি অখং লৈতবা থবক কয়া পাংথোকখ্রে । অদুবু ঙসিদি মহাক নিপা থোকপা থবক তৌবা য়াররোই হায়বা অদু খংলে ।

মহাক ইপং পংথরকই । চৈফু ফংলবা সর্কাসকি নোংশা অদুগা মান্নরকই ।

লাকচখিবগী নিংদোল পোম্মি । থম্মোইগী মিহুল দং দং চোংঙি । অদুবু লুম্লবা খোঞ্জেল অমদা হায়রকই —

"নুপানবু করিগী চেনগনি । অদুবু নখোই ঙাইহাক্তি ঙাইবা তারে । ঐগী নুপী কৈথেল মচাদা চৎখি । মহাক্তং লাকখিশনু । মঙোন্দা ব্রা খরা হায়রমগে ।"

ব্রাং চাউরবা, নাতোল শুমাংদা মওং তানা কোই খাকপা নিপা অমনা ঙংলদুনা হায়রকই —

"বন্দিনসু অদুক চাউনা ব্রা ঙাংবা ! অঙাংশিং অসিগী মমাংমক নৎলমদ্রবদি নহাক ঐ কনানো খংলমগদবনি ।"

অমুক্কা মখা তানা লাওরকই —

"তোম্বা কৈদৌরি ! আলফা টেন কৌ । মোবাইল ভান থুনা রস তৌরকউ

হায়য়ু। থুরে ঐখোয়গী মী য়ামদে।"

"য়েস স্যার"

তোম্বা খুদক্তা ৱাকি তোকি হাংদোক্কুনা কৌরকই —

"হেল্লো হেল্লো ! আলফা টেন ! আলফা টেন ! দু য়ু হিয়ার মি ? দিস ইজ ব্রেভো থার্তিন ! ব্রোভো থার্তিন ! প্লিজ রস তু ভাইকিং ৱান লেন্দিং সাইট ! আরজেন্ট কোল। ওভর।"

খুদক্তা জুম্বো জেৎ মখোলগুম হৌরবা পুলিস পিক অপ ভান অমা ঙংলদুনা অথংগী গেৎ মনাক্তা থুংলৈ। খাকি শেৎপা নোংমৈ অশাংবা পাইবা পুলিস কোন্সতেবল শঙ্গু অমা গাড়িদগী ফন ফন চোংথরকই।

পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাউদা, লানফমদা লান শোক্লরিবা বৃটিশ লাম্মী তেঙ্গোলগী মতৌগুম, পুলিস শঙ্গু অদু অথংগী শুমাং তান্না চেনশিল্লকই। মিৎনা কুপ্পদা অথংগী শুমাং, য়ুম পুম্বদু পুমকোই কোইশিনখি। ৱাং চাউরবা কোই খাকপা নিপাদুনা অথংদা হুকুম তৌরকই —

"হায় অফাওবা ! চার্লস সোভরাজনিনে ! চৎলু গাড়ি মথক্তা কাখৎলু"

লৈরম্লিবা অঙাং পুম্নমক চোক মোক লাওনদে। তৌরিবশিংদু লৈ লৈদুনা য়েংঙি। য়াচংবগী কৈথেল থোক্লখিবগী য়ুম্লোন্নবগী য়ুম খরদুসু মী লৈতে। পুমচীক চিকই। মফমদুদা শান্নরম্বশিংদু য়ুমশিংদুগী অঙাং ঙাক্তনি। অথংগী নুপী নেম্বোইসু কৈথেল মচাদা থোকখিবদগী হঞ্জিল্লক্ত্রি।

অথংগী মচাদুনা হরাওনা গেৎ হাংদোক্লুবগী দষা অদু হৌজিক্তা

খংজরকই । মপাবু পুলিসনা পুথোকখিবদু উবদা খোঞ্জেল থোক্লা কপ্লকই । কপ্পা কপ্পা কৌরকই —

"হেপা ! হেপা ! কদাইদনো ?"

লাক্লিবা থানাগী বাবুশিং অদুগী মরক্তগী অমনা থেমজিল্লকই —

"কপকনু নিংথেম । নহাক্কি বাবাশি হয়েং অয়ুক নয়ুমদা অমুক হল্লক্কনি ।"

অথংনা খোঞ্জেল নিক্লা হায়রকই —

"গোলপা, নপাংশিংগা নুংঙাইনা শান্নরম্মু । হল্লকপদা নংগী শাগোপ (শা অয়াইবা) য়াম্না লৈবীরক্কনি ।"

পীক্লিবা, অমত্তা ঙাইরিবা মচা নুপাগী মতৌদুদা অথং মখোং থাংবা থোক্তে । মিৎলুদগী খজাই তম্না তপ্পা তপ্পা চেম্থরক্লিবা পিরাংশিংদু থাবল ফনা ফরবসু কনা অমত্তনা উবা ঙমখিদে । মাগী চাউরবা খুৎনম অদুদা মচা নুংশিবগী পিরাংশিং অদু মতোমতা কংজখি ।

থোঙ্গাল য়ৌরে । গাড়ি হেক কাখৎলমদাইদুদা খাও মচা অমদা মনা মশিং খরা হাপ্লদুনা অথংগী নুপী নেম্বোই তফিং তফিং য়ৌরকই । য়ৌরকপগা লাওরে —

"থানাগী বাবুশিং ! ঐগী নুপাবু করিগী ফাব্রা ? করি মরাল লৈ ?"

ঙসাইগী ব্রাং চাউরবা নুপাদুনা লাওরকই —

"ব্না ঙাংগনু তৌঙব্বী ! নব্বানা লুট পাৎ তৌবা, মীগী মপোৎ মরল মুনবদি নং থিংবা য়াদ্রা ?"

অমুক মখা শমথরকই —

"হুরানবশিনা মীঙোন্দগী লুট পাৎ তৌদুনা পুরকপা সনা লুপাদু নং শিরিনিনে। নংগী নয়ুম মচাশিদা হৌজিক পোৎ অমত্তা লৈতে হায়বা খংলদুনা ঐখোই সর্চ তৌরমদ্রবনি । নংসু য়াওনা পোৎকা কোন্ননা ফারগদবা কুইদ্রবনি ।"

থানা বাবুদুগী ব্নাঙাং তাবদা অথংগী নুপীদু চিং লাওবা অমা পোকই। ঙরাংদা সনা শাফমদগী লৌথোক্লগা মপামদা থৈরম্বা নেক্লেস অদু নিংশিংলকই ।

মিৎকুপ অমত্তং চীক্লুরবা মতুংদা থানাগী বাবু অদুনা অথংগী নুপীবু থেমজিল্লকই —

"নয়ুমদা চংলো নুপী। নচা কোল্লুরো। নংগী নুপাশি হয়েং নোং হেক ঙানবগা থাদোরক্কে :"

মাগী নুপানা তৌখিবা পাপকি থবক কয়াদুগী চৈনাখোলশিং অদু নেম্বোইদা হৌজিক্তদা ফাওরকই। মহাক ব্না য়াম্না ঙাংনিংঙি। ঙাংফমদি খংদে।

মহাক ব্নাফমসু খংদে। কপফমসু খংদে। মপুরোইবদা মুন্না য়েংঙি। তাঞ্জাদুদা নিংশিংলকই - খাও মনুংদা য়াওরিবা চুরুত উপুদু। হায়রকই —

"থানাগী বাবুশিং ! ঐবু মঙোন্দা ব্না অমত্তদি হায়হৌগে। মহাক চুরুত

থক্লিংঙি হায়রম্বনি। ঐ চুরুত লৈরুবনি মসিতসু পীখিগে।"

তঙ্গা খংবা, মথৌ খংবা, হৈথোই শিংথোইবা উৎলিবা ব্রাং চাউবা থানাগী বাবু অদুনা মাগী লোইনরিবশিংদুদা লাওরকই-

"হাই নখোই করি তৌরি। নিপাদু হাপকৎলোনে। হৌজিকশে ইরাং ফত্তবনিকো। অতৈ থোরক্তুনা কাপ্পরগা নথব্রাই মাংগেরা।"

নুপীদুদা ওনশিন্দুনা মখা শমথরকই —

"হায় নুপী! থানাগী লোক অপ মনুংদা চুরুত থকপা য়াদে নংগী নুপাশে চুরুত থক্লবা মতমসু হৌজিক লৈতে। পীথক্লিংলগা হয়েং নোং হেক ঙানবগা পুলিস স্টেসন্দা লাকউ।"

থানাগী বাবুদু ঙাংনা ঙাংনা গাড়িগী ফ্রন্ট সিটতা কাখৎখি।

স্টার্ট তৌবদা কাংমৈ খুবগুম মৈখু থোক্লবা জুম্বো জেৎ অদু নোং খাকপগুম ঙংলম্মগা থৌখ্রে। মিকুপ অমগী মনুংদা মশক উখিদ্রে। নেম্বোইনা করি করিনো য়াম্না ঙাংহৌই। অদুগা গাড়ি চৎখিবা মাইকৈদুদা য়েংলগা শাওনা মতিল কয়ারক শিৎচিনখি।

কৈথেল মচা মনাক্তা লৈবা অথংখোইগী পীক্লবা খুঙ্গং অদুদা, অথং ফাখিবগী পাও অদু মিৎনা কুপ্পদা খুঙ্গং শিন থুংনা শন্দোকখি। নক্লবা মরি মতা অমা অনিদি ঙহাক পাউহংলবা লাকখি। অতৈদি ঙস্তা ঙস্তানা থোং লোল্লগা তুম্নখি।

হাংলবা চিক্লবা যুমদুদা, নেম্বোই মমা মচাতা অহিং অদু লেল্লকই। মচাদুদি অঙাংনিনা করিসু খন্দে। ইশি শিনা তুমখি।

## ৱাহংদি লৈরে, পাউখুমদি লৈত্রি

মসুম্না নেম্বোই মমা মচাতা য়ুমদুদা অহিং লেনবশি ঙসি নোংমত্তগী ৱাদি নত্রে। অয়াম্বা মতমদা থেংনরক্লবা থৌদোক্লি। অদুবু অতৈ অহিংগা ঙসি অহিংগা খেন্নবদি শাথিনা লৈ।

অহিংদুদা নেম্বোই মিৎ কক্লা অমা ফাওবা উইশিনবা য়াদে। হৌখিবা পুন্সিগী ৱারি কয়া মথং মথং নিংশিংলকই। খল্লক্লি —

"মসিগুম্বা থবকশি তোক্লবা ঐনা থিংহৌদবা করিগীনো ? মীওইবশি নুংঙাইবা পাম্মী। অদুবু করম্বা মখলগী নুংঙাইবনো ? অহাওবা চাবা, সনা শিবা, ফজবা ফিরোল শেৎ-চাবদুরা নত্ত্রগা পুন্সি শান্তি ওইনা লৈবদুরা ?"

পাওখুম থিবা ফংদে। অদুবু অমুকসু নীংশিংলকই — মহাক্লা অথংগী য়ুমদা লাকপা নৌরিঙৈদা, চেং চরা অমা পুরুবগীদমক অথংগী মনেনা চৈখিবা — "নখোইদা শিত্রোনে। নয়ুম পাল্লবসু নথিবোংগী হোৎনবা ঙমদে।"

মপুরোইবনা থক্লিংঙি হায়দুনা লৈজরুবা চুরুত উপু অদু বেদ সাইদ তেবল মথক্তুদা তরক তরক তারম্মী। মদু উরুরগা নেম্বোইদু মপি তরং তরং শিন্থরকই। কাইনবগী মৈচাক অদু হেঞ্জিল্লকপোই নিংঙি।

নোংঙানবা ঙাইবদা নেম্বোইদু ৱারে। অমুক্সু নীংশিংলকই — থানা বাবুদুগী ৱা। "নংগী নপুরোইবা অসি নোংঙানবগা থাদোরক্কে।" মদুবু থাজবা য়াবা ৱারনে ? অদুবু থানা বাবুদুগী ৱাদু অচুম্বা ওইদুনা থাদোরকপা থোক্লবদি মহাক মংফাওনবগুম তৌগনি। মহাক্লা অমুকসু খল্লি — থোক্লিবা পুম্নমকসি মঙ ওইরম্লবদি নুংঙাইনিদা !

লৈতাফম খংদবা থম্মোইদুদা ৱাহং কয়া মওল মওল হংঙি - করিগীদমক মখোইনা চানিংঙাই লৈতবা, লাইরিক হৈরবা মপুরোইবনা করিগী থবক ফংদবা, মহাকসু সরকারগী থবক তৌবা য়াবীনি - করিগী থবক ফংদে ? মেত্রিকতা

হঞ্জিল হঞ্জিল ফেল ওইহৌবী মাগী মপাং চোংবোইনা করিগী থবক ফংখি। মপাদু এস:দি:ও: ওইবগীরা ?

মহাক হৌজিক চরা হেন্দ্রে। সনানা তেকথবমখৈ শিরে। মহাক্না ফংনিংবা পোৎ মিৎনা কুপ্পদা ফংবা ঙম্লে। অদুবু মহাক ঙসি ব্রারি। নুংঙাইবা ঙমদে। করিগীনো ? নেম্বোইগী পীক্লবা কোক অদুনা পাওখুম অমত্তা পীবা ঙমদে।

অমরোমদা পুলিসকি পিক অপ ভান অদুদা তোংনা তোংনা, থা অমরোমগী মমাংদা থোকখিবা মোরে লম্বীগী লুটকি থৌদোক অদু অথংনা মথং মথং নীংশিংলকই —

ময়াং কংলপ তৌবী, মীয়াই চল্লবী নুপীদুনা মমিৎতা মপি চদুম চদুম তারদুনা অথংগী মখোঙ কোল্লদুনা হায়খিবা-

"ইচা মানবা ! লৈমন্দদুনা জিবিকাগীদমক মোরে ললোনবা চৎপনি। নচন নুপী অমসু লুহোংগদবা কুইদ্রে। থা অনীতা ঙাইরে। মনাদা সনা মচেৎ অমত্তা পকহনবা ঙমদে। লুহোংবদা সনা মচেৎ অমত্তা পকহনখিদ্রবদি করম তৌনি। ইবুংঙো, সনা মচেৎশিমত্তদি ইমা নঙোন্দগী নিজহৌগে। ইচানা পীবীবমক্নি খঞ্জগে।"

নুপী অদুনা হায়জখিবা ব্রাফমশিংদু অথংনা থওইনা তাখিদে। তানবা মতমসু লৈখিদে। খন্থরুনবা তাঞ্জাসু ফংখিদে।

নুপীদুনদি হন্না হন্না হায়জখি, মখোং তান্ন-তান্নদুনা কোনখি।

"সনা মচেৎতুমত্তদি পীবীরম্মুনে। অতৈ ফি-রোল খরশি পুবিথ্রবসু।"

সনাদু কা হেন্না য়াম্বদি নত্তে। কন্তম অমসুং পুলিসনা ফাদনবা শমজিদা য়েপ্লগা পুজরকপনি। লমখাংদা লুট তৌরম্বদুদা নুপীদুনা সনা মচেৎ অদুতা খঙ্ঙখি। মদুদা খঙখিদনবা হোৎনজরকপনি। অদুবু লাইনা য়াদমাল্লে— শমজিদগী নাম্বরক্তুনা অথংগী মমাংদা তঙাং তঙাং পোপ তারকখি। মচা নুপীগী থাওনম অকুপ্পী পরেং অমত্তংগা, মনাদা য়ান্নবা লৈ তোপফা অমত্তংগা শাবীগে খন্দুনা, অরৈবা পুম্নমক তাশিল্লগা সনাদু তামুদগী লেপচরকপনি।

খল্লুবদা আশা পুম্নমক মাঙখ্রবী নুপীদুনা হায়জবা ব্রা অমত্তা অথংনা থওইনা তাবিখিদে। নুপীদুবু মখোঙনা কাউবীখি। নুপীদুগী থব্রাইগী মশক ওইরবা সনা মচেৎতু নমদুনা লৌখি। অদুগা চৈবীরম্মী -

"হায় হনুবী! মোরেদা হুরানপোৎ করবার তৌদৌ শরুক নয়ুমদা থবক শুরগা নথিবোং থাক্লবা য়াদ্রা ?'

হনুবীদু পাওখুম পীনিংই —

"ঐঙোন্দা পাওতাক পীরিবা নহাক্কি থবকশিদি অফবরা ?"

অদুবু মদুগী মতম নত্তে। চীন্দা পাওদানবা য়াবা মফম ওইদে খনবদগী হনুবীদু খা চীক্তুনা খাংখি। অদুবু পুক্লুংদদি শাপ তৌহৌই —

"নঙদা শিরুরোকো মহাপাপী !"

নুমিৎ অদুদা অথং অমদি মাগী কাংবুনা লৌখিবা পোৎ-চৈশিং অদু য়ামখ্রে। শেলসু য়াম্মী। মহাক্লা থবক অসিদা খোঙদারকপদগী পাংথোকখিবা থবকশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউনা ফংখিবশিংগী মনুংদা নুমিৎ অদুসু অমনি। নুমিৎতুদা অয়াওবা মখে তেংদুনা লৌহৌই। নিংঙাই তৌরুবা খরা

চৈ চাখি। খরা হেন্না নিঙাই তৌরুবা অমনা মখোঙদা নোংমৈনা কাপশিনবীরম্মী।

হন্দক্কি কেস অসিগীনি অথংবু পুলিসনা ফারিবা।

পুলিস স্তেসন য়ৌরে।

হেক য়ৌবগা গাড়িদগী কুমথফাত্রিঙৈদা থানাগী বাবু অমনা হোৎচিল্লক্কুনা ময়াংলেন্দা লিচৈনা কারন অমুক্তং লাকখি। হায়রকই —

"জবান নীংথিনা পীয়ু নত্রবদি খংলেদনা!"

অথংদু মমিৎ তন্দন পাই। পুন্সিদা অহানবা ওইনা ফংখিবা খ্বাইদগী তমথিবা চৈফুনি। অদুবু কালেনগী নুংশাদা শম্পোৎ খোইরিবা ষননা মপুগী শাজৈ খাঙবদা অয়ো হায়দে। বাবুদুগী লিচৈগী চৈনাখোলদু অথং তুমিন্না খাঙখি।

অথংদু কা অমদা পুশিনখ্রে।

থানাগী বাবু অমগী তেবল মমাঙদা চৌকি অমদা ফমহল্লি। বোইজাও পাইবা বাবু অমনা অথংগী মিং, লৈফম, অপোকপগী মিং, কদাইদা মহৈ তম্লকপা, কদাই কদাইদা কনা কনা মরী মতা লৈবা, মরী মতাশিং করি করি থবক তৌবা, করম্বা মতমদা মহাক লুহোংবা, মচা কয়া লৈবা অসিনচিংবা মথং মথং পেৎন-পেৎন হংঙি। অথংগী পাওখুমশিং অদু অমত্তা চিৎথদনা চে অমদা লোইনা ইশিল্লি। অদুবু মোরে লম্বীগী লুট অদুগী মরী লৈনবা ব্রাহং লাকপা মতমদদি অথং থানা বাবু অদুদা কো-ওপরেসন অমত্তা পীদ্রে। হংলিবা খুদিং 'খঙদে' ঙাক্তা হায়খ্রে।

মতুংদা অতোপ্পা কা অমদা পুশিনখি।

কাদু মৈ ঙাল্লি। অথংনা হেক পোকপদগী উরক্ত্রিবা করি করিনো খুৎশু খুৎলাই ময়াম অমা লৈবা উরম্মী। মহাক করি তৌগদৌরিবনো হায়বা খঙলমদে। অদুবু মহাক্না খল্লি, মসি মখোইগী ইন্টরোগেসন সেল হায়বদু ওইবা তাই। মহাক্না মসিমদি পুক্লিংদা লেপলে - তৌখিবা লুটশিংগী মরীদা লংলা লংজিল অমা ফাওবা হায়দোক্লোই।

অথংগী পুক্সিদা পুলিসনা ফাবা ঙসিনা অহানবনি। থানানা জবান লৌবদা ওৎ-নৈবগী ব্রারী কয়া মাগী মরুপ মপাংশিংদগী তাখ্রে। অদুবু খল্লি —

"ওৎনিংবমখৈ ওৎশনু, শিবা ফাওবদি শিরোইদনা।"

থানা অমা চঙলক্কুনা অমুবা ফিনা অথংগী মমিৎ খুমজিনবীররে। অদুদগীদি অকি তুজুংবা ঙাক্তনি।

অথং লোংনা হিপফল্লি। মমায়দা ফি অমা অমুক কুপশিল্লি। লুম্লবা নিপা অমা মবুক্তা ফমজিল্লকই। অদুদগীদি মমাই মথক্তা কুপলিবা ফি মথক্কুদা ঈশিং হৈরকই। নাতোন্দা ঈশিং চংঙি। শ্বর হোনফম লৈতে।

অদু ফাওবদা অথং ব্রা অমত্তা ঙাঙদে। হংলকপা খুদিংদা খুম্মি - 'খঙদে'

অদুদগীদি থানাগী বাবুশিং অদু শাওরে। অনৌবা লালওং হোংলকই। তেবলদা মখুৎ খুবাক অদু লোংনা থম্মী। খুবাক ময়াইদা লিক্লিগী মার্বল মরু খরা থম্মী। অদুদগীদি খোংঙুপ বুটনা মার্বল মরু মথক্তা নেৎলগা খুবাক ময়াইদু নৈখাইরকই। ইলেক্ত্রিক থাজিন্দুনা মতেক মতেক চিংহল্লি। পুম্নমক করিমত্তা কান্নদে। কান্নবা ব্রা মচেৎ অমত্তা থানাগী বাবুশিং অদুনা অথংদগী ফংবা ঙমদে।

ঙসাইগী মাবু ফারকপা ম্রাং চাউরবা থানাগী আই ও বাবু অদু শাওবনা মমিৎতা ঈ কারে । হায়রকই —

"তোক্লো, ঐগী তুম্ফম কাদা পুশিল্লু । ঙাইহাক অমুক পোৎথাহল্লুরো। পোৎথারবা মতুংদা মহাক চৈনাখোল হেনগৎলক্কনি। অদুদগীদি পুকচেল হোংলক্কনি ।

মমিৎ খুমম্রবা, মখুৎসু তুংলোমদা অমুক পুনশিনবীম্রবা মতুংদা অথংদু ম্রাংচাউবা বাবুদুগী তুম্ফম কাদা পুশিনখ্রে ।

অপীকপা কা অদুদা চৈনাখোল পুন্নমক খাঙলিবা উপাই লৈত্রবা অথংনা খল্লি —

"চুরুত মচৈ অমত্তং থকপা ফংজরবদি চৈনা পুন্নমক কাওগনিদা ।"

থানাগী গাড়ি কাখৎলমদাইদা, মাগী নুপীনা মখুৎতা পাইহৌবা চুরুত উপুদুগী শক্তম মমিৎতা উরকই । অদুবু থানা বাবুদুনা হায়খিবা অদু নীংশিংলকই —

"থানাদা চুরুত থকপা য়াদে। নঙগী নুপা অসিগী চুরুত থক্লবগী মতম হৌজিক লৈতে ।"

খল্লকই —

"হায়খিবা পুন্নমক চুম্মী ।"

পুলিস স্তেসনদুদা হেক থুংলবদগী হৌনা অথংদু সেকেণ্ড অমা ফাওবা পোৎথাবা শংদ্রি ।

অথংনা খল্লি —

"পুন্সি হায়বশি খাওবা খরা কনবা তাই। অখাও কনবা য়াওদবা পুন্সিদু অশেংবা পুন্সি মশক নত্তে। অখাও কনবা হায়বশিদা অব্রাবসু নংবা তাই। অব্রাবা হায়বশি তাইবওপানশিদগী কোকপা হৌনদে।"

অথংদু ওাইহাক্তি পোৎথাবা ফংলগদ্রা খল্লম্বনি। চৈনাখোলদু অখাও কনবনা লমজিওদুনা লৈজবা থৌনা পুথোক্কুনা খাওলম্বনি। অদুবু তপ্পা তপ্পা চোকথরকই। মশাদু মপুম থিৎলকই। থানাগী আই ও বাবু অদুনা হায়খিবা অদু চুম্মী - পোৎথারবা তুংদা চৈনা হেনগৎলক্কনি।

চৈনা হেনগৎলকই। নাকোংদা জিং জিং লাওবা মখোল তারকই। মাইকৈ পুন্নমক পুমনিল নিনবা মাল্লি। মানি। মদো মশা পুন্নমক চিক্লকপনি। চৈনা হেনগৎলকপনি।

অথং, মচা নুপাবু নিংশিংলকই। পুকচেল খরা পীকথরকই। 'ঐবু' হায়বা অমা খল্লকই। অদুদগী থানা বাবুদুগী ব্রাওাংদু অমুক নীংশিংলকই —

"পোৎথারবা তুংদা মহাক চৈনাখোল হেনগৎলকখিগনি। অদুদগীদি পুকচেল হোংলক্কনি।"

অথংনা খল্লি —

"পুকচেল হোংবা হায়বশি পাংদবগী ব্রানি। নুপা ওইনা পোক্লবদি লৌখিবা ফিরেপ হোংদবা তাই। মদুতদা মী ওইগদবনি।"

কুইনা লৈরিবমখৈ অথংদা চৈনা মথও মথও হেনগৎলকই। হৌজিক্তি খাওবগী শক্তিসু ব্রাৎলকপগুম তৌরকই। অদুবু মহাক অচেৎপা ফিরেপ অমদি

লৌখ্রে —

"শিরবসু অদু মঙাইরে, ৱারোল অমত্তা খঙহল্লরোই ।"

অদুক থৌনা লৈবা অথংদু হৌজিক্তি শিবগী ৱাখল তৌবা হৌরক্লে । অহানবদদি মহাক খল্লম্বনি - "শিবমক্তি শিরোইদনা ।"

খঙহৌদনা কাদু তম্না, অচৌবা শউম অমগা লোইননা নিপা অমা চঙশিল্লক্লে । খোংঙুপ মখোলগী কোক কোক লাওবদুনা মহাক খোঙথাং লুম্না থাংলকই হায়বা খঙঙি । খোঙথাং মখোলদুদগী অথংনা খঙখি - নুপাদু শাওরপ চঙলকপনি । মহাক্না খল্লি - ৱাং চাউরবা বাবুদু শাওনা চঙলক্লে ।

চঙলক্লিবা নিপা অদুনা অথংগী মনাক য়ৌবগা চপ লেপ্লদুনা ঙংলগা হায়রকই —

"কয়ামুক মরিল লৈবা জাৎনোনে ।"

খোঞ্জেলদু তাবদা অথংনা খঙলে - হন্দক্লিশি মীনৌনি ।

চঙলক্লিবা নিপা অদুনা লাওরকই -

"মরিল লৈবা নিপা ! কয়ামুক নরিল লৈবগে য়েংগে, লেপখৎলু ।'

উপাই লৈতে অথংদু । হুকুমনি, লেপখৎতবা য়াদে । লেপখৎলি । ৱাবদি ৱারে । মঙোন্দা লৈরিবশি মশিঙ্মাতা মঙাইরে । মপাঙ্গলদি য়াওদ্রে । মমিৎ তন্দন পাইবদগী হেন্দোক্লুনা জ্ঞান ফাওবা মতেক মতেক মাঙবা হৌরক্লে ।

চঙলক্লিবা নিপাদু অথংগী মনাক্তা হেন্না নকশিল্লকই। মতমদুদা নিপাদুগী মচিন্দগী থোরকপা হুইসকি মনমদু অথংগী নাতোলদা ফাওজিল্লকই। অথংনা খঙলে, নিপাদু থকপা কুইদ্রিবা য়ুগী নেষাদা হাইফেৎ তাওরে । নেষা পানখৎলকপগী নুংঙাইখৎলকপা মতম অদুনি ।

অথংনা খাল্লে —

"ঐসু য়ুদু য়াউম অমত্তং ফংলবদি চৈনা পুম্নমকশি লোইনা কোকখিনি । অনৌবা পাঙ্গল লাক্কনি ।"

কুইনা ব্রাখল তৌনবগী মতম ফংদে । নুপাদুনা হুকুম তৌরকই -

"নক্রাং ফাকতোকউ !"

অথং হুকুমদু ইল্লি ।

নিপাদুনা পাইরকপা শউন্না য়োম্বা রুল অদু অথংগী মখোং কারক্তা থিংজিল্লকই । রুলদু হাইরা হাইরদুনা হুকুম তৌরকই —

"ব্রাৎলি, ব্রাৎলি, ফাক্তোকখো ! ফাক্তোকখো ।"

অথংগী মক্রাং ফাক্তোকপা ঙম্বগী চাং অদু লোইখ্রে । শাংলবা নুংশা শ্বর মপী হোল্লকই । ব্রামনবনা, নামনবনা মমিৎতা পাইরম্বা তন্দন ফাওবা লেপখিবগুম তৌরকই ।

নিপাদুনা হংলকই —

"ব্রাব্রা ? ব্রারবদি পোংথাহল্লগে। থানাদগীসু থাদোকপীরগে। হায়য়ু,

“নখোইগী লুচিংবা কনানো ? মাগী লোৎফম কদাইদনো ? অতৈদি কনা কনানো ..... ”

অথংদগী পাওখুম অমত্তা লাক্ত্রে। সংসারগী খাঙবা ঙম্বগী শক্তি পুম্নমক খোমজিন্দুনা তুমিন্না অদুম লেপ্তুনা লৈ। অদুবু হকচাংগী ইন্দ্রিয় পুম্নমক্তি লোইরে। লেপ্পীবা অদুদগী তুখ্রবদি, মাগী পুক্সি করি ওইগদগে হায়বা মতোমতা খঞ্জবা ফাওবা ঙমদ্রে।

হেন্না শাওরবা নিপাদুনা লাওরকই —

“হেরা ! নঙ ঐবু মশক খঙদমাল্লে ! নঙগুম্বা কয়াশি থেকখ্রবনিনে। নক্রাংদু ফাক্তোকখো, ফাক্তোকখো, ফাক্তোকখো........”

অথংগী হকচাং মনুংদা, চীং নিংখাইরকপগী মতৌগুম খোঞ্জেল অমা থোকখিবগুম তৌবদু মতোমতা ফাওজরম্মী। চাউরা চাউরবা মৈবুল মমিৎতা উরকই। মৈবুলশিং অদু মথং মথং মরী মরী অতিয়ারোমদা পাইখৎলি। অদুদগীদি অমম্বদা মরী মরী মাঙখি। অমুক মরী মরী থোরকই।

অদুগীদি কুইরমদ্রে, অথংদু লৈমাইদা অদুম তুথখ্রে। মাগী পাঙ্গলগী শক্তি, খাঙবা কনবগী শক্তি, পুম্নমক লোইনা লোইখ্রমাল্লে।

মমিৎতা ঈ কারবা নিপাদু “খঙলব্রা” হায়রম্লগা থোকখ্রে।

কাইনথংদা ব্রাং চাউরবা বাবুদু চঙলকই। হন্দক্তি মচীন্দা রমগী মনম খরদি নমলে। ফক অমা থারগা অথংবু চিংশিন্দুনা হিপহল্লি। মখুৎ পুনবা থাদোকপীরম্মী। মমিৎ হাংদোকপীরম্মী। অদুদগী অমুক থোকখি।

থোক্লমদাইদা থোংজিলদা লৈবা শম্ভিদা হায়রম্মী —

"খরা খরা য়েংশিল্লু ।"

অথংদু নে তানা পোং অমত্তা নিংশিংবা ঙমদ্রে । চৈনাখোল খঙদ্রে । অদুবু মরক মরক্তা মাগী নুপী, মাগী মচা, মাগী চুরুত, মমি শামি ওইনা মতেক মতেক মঙ হাগী মতৌগুম উরকপগুম তৌই । অদুগা মরী মরী লোইনা অমুক মাঙখি ।

ফনা শাংলবা তুংদা ব্রাং চাউরবা বাবুদু অমুক চঙলকই । হন্দক্তি মচিলদা রমগী মনমদু হেন্না নমলে । চৎপদসু মখোঙ খরা হাইরে । হায়রকই —

"অথং সাহেব, নশাদু খরা কনখৎনবা য়ু য়াউম অমা অনী থক্কেরা ...? নঙবু চাক চাগেরা ? ভাই নঙশে নরিলদি ফনা ফজনা খাবজাৎনি । অদুবু নঙ অশিংবা মীদি নত্তে । ভাই পঙগনুনে, ঐবু রিব্রার্দ ফঙনবা নঙ থবক খরা তৌ । মদুনা নঙগীসু অফবা ওইগনি ।"

অথংদগী পাওখুম অমত্তা লাকখিদে । মহাক্কি চাউনা চাউনা হোল্লিবা নুংশা শ্বর মরক্কুদা মঙক খজিক্কং হাইখিবগুম তৌবদু থানাগী বাবুদুনা উখি ।

থানাগী বাবুদুনা হায়রকই —

"ঙসিদি তুমলো ভাই । নঙ করিমত্তা ঙল্লরোই হায়বশি ঐ খঙলে । অদুবু ব্রারৌনু, চেনশিদা নখোঙ অনিশিদি পুল্লগা তুম্বা তাই ।"

থানাগী বাবুদুনা মখা অমুক তাথরকই —

"পোৎথারো ভাই । নোংঙাল্লগা রিব্রার্দকি করবার অমুক হৌশি ।"

থানাগী বাবুদু ঙাইক্তি উইরোল উইরোল তৌরুরমাল্লে। মংওই হাওই শাংলবা শ্বর মপী অমা হোনবগী খোঞ্জেল তাখিবগুম তৌই। মিকপ খংথোক থোকই। ফম্মাংদা হিপলিবা অথংদা য়েংঙি।

অথংদু করিমত্তা লেঙদে। মানা হান্না লৈখিবা ফিভমদুদা অদুম লৈরম্মী।

থানাগী বাবুদুনা হৌগৎলগা য়েংঙি। অথংগী মমিৎ অদু তরু তরু পাংলম্মী। অদুবু মমিৎতু কুপত্রে। নিংদোল পিং পিং চোংনা চোংনা থানাগী বাবুদুনা অথংগী মিহুল য়েংঙি।

অথংদু মিহুল লৈত্রে হায়বশি মহাক খঙলে।

থানাগী বাবুদু জ্ঞান হাইফেৎ মাংঙি। অথংগী পুল্লিবা মখোঙদু থাদোক্লম্মী। চিংখৎতুনা অথংবু মনাক্তা থারিবা চৌক্রিদুদা নমদুনা ফমহল্লম্মী। মফি মরোল শেমজিনবী। অহিংবা মী মালহন্নবা হোৎনৈ।

বাবুদু জ্ঞান মাংঙি তৌফম খংদে। খল্লকই —

"ঐখোইনা অচুম্বা অচুম্বা হায়না লাওনৈ। ঐনা অচুম্বা থিরি। হৌজিক্তি অচুম্বা অদু শিখ্রে। শিখ্রবা অচুম্বা অদুদি ঐখোইনা কদাইদগী অমুক ফংলুগনি।"

নোংঙাল্লে।

অথংগী নুপী নেম্বোই অপীকপা মচা নুপা অদু পল্লগা রিক্সো তোংদুনা পুলিস স্তেসন তম্মা লাকই। মাগী নুপাগী চুরুততু পুরকই। অচাপোৎ খরসু

ব্রাহংদি লৈরে, পাউখুমদি লৈত্রি

য়োম্লকই ।

লম্বী লাম্থোকফমদা রিক্সোদু ঙাইহাক লকক তৌরিঙৈদা, মথৌ চিল্লবা খবর য়োনবা নুপা অমনা নেম্বোইদা খবর অমা লানশিল্লদুনা হায়রকই —

"বাবুনি ঙসি অয়ুক্কিনি । কাপ্লবগী পাউ নুঙাই নুংঙাইবা য়াওবনি । পৈশা ৬৫ খক্তনি ।"

খবরগী অহানবা লমাইদা অপৌবা ময়েক্কি ব্রাহৈ অমা অনী হাইফেৎ উরুবদা নেম্বোই কোকচাউবী কাই । মশানা মশাবু থাজবা ঙম্লমদে ।

লুপা অমা হেন্দবেগতগী পুথোক্লগা খবর য়োনবা নুপাদুদা পী । অদুগা হায় —

"য়ারে, লোইনা লৌরো ।"

খবর য়োনবদু হরাও হরাও চৎখি । খনখি - কাপ্লবগী পাও য়াওরবদি খবর হেক্তা শিংলি । মমল থিনদে ।

নেম্বোইনা খবরদুদা তশেং তশেংনা উরকই -

"মমিং লৈরবা অফাওবা লুটর, অথং সিন্টহৌ চৎখিবা অহিংদা মোরে লম্বীদা পুলিসকা কাপ্লবদা শিরে । মাগী মরুপ অতৈ খরা নাম্থোক্লুনা চেনখ্রে । লুটরশিংদুদগী খুৎলাই খরা ফাগৎহৌরে । অথং ফারবা তুংদা খুৎলাই লোৎফমদা চৎমিন্নরুবদা কাপ্লবদু থোরকখিবনি....।"

ইম্ফাল

তাং ১২।১।৯২ ইং

# তুমিন লৈয়ু,
# সনা য়াথং লাক্লে

হন্না হন্না হোৎনরুরে। থিবা য়াবা মখৈ থিরুরে। অদুবু উপাই লৈতে।

চৎখিবা থা অমা অনীশি তোম্বা ৱাখল মফাং মফাং খল্লি। চাফম-থকফম, শুফম-নোম্ফম খণ্ডদে। ৱাখলনা উংঙি।

নুমিৎতুমদি তোম্বা আশা য়াম্না চাউনা ময়ুমদগী থোকখিবনি। অদুবু কান্নদ্রমাল্লে, নোং ঙানবদগী চৎপমখৈ চৎলুরগা নুমিদাংৱাইরম অদুদা ইতুক তুকথনা ময়ুমদা হঞ্জিল্লকই।

থুংলবগা মাঙ্গোল উখোক্তেন্দা ঙাথদুনা ফমথবতা ঙাইরি। মচে য়াইমবীদু থোঙ্গাললোমদগী চঙলকপা উই।

“লাও লাও চঙলকউ ইচে, জ্ঞানবু তাদ্রেদা, কোকশি কাইদৌরে।”
— তোম্বনা য়াইম্বীবু কৌশিল্লি ।

ইমুংলোমদা ওনশিল্লদুনা লাওরকই —

“নুপী মচা, ননেগী ফিদা পুথোরকউ ।”

তিলোতমাদু মকোক মরু খুন্নদুনা খোরকই। মোড়া অমা থারে। অদুগা পম্থরমদে, চঙখি।

কুচু হেন্না পান্দ্রবসু, ৱাং চাউবী, রাশি লৈবী তিলোতমাদা মনেম্না মুন্না য়েংহৌই। য়াইমবীনা তিলোতমাদা য়েংলিবশি ঙসি নোংমত্তা নত্তে। চৎখিবা থা অমা অনীশি য়ুমশিদা চঙলকপা খুদিং য়েংলিবনি। য়ুমদতা নত্তে, তিলোতমানা পুম্রি অচৌবদা ঈশিং শোকপা থোরকপদা, লম্পাক্তা ফৌবা ফি লৌশিনবা থোরকপদা, ষন ঈশিং পীথকপা থোরকপদা তিলোতমাবু হেক উবা মফমদুদা, মহাক তিলোতমাবু য়েংবা তোক্তবনি।

তিলোতমাবু য়েংবমখৈ য়েংলুরগা য়াইম্বীনা মোড়াদুদা ফমথ-ফমথনা শোল্লকই —

“করমনোনে তৌদৌরিশিবু, কুইনা লোৎপবু য়ারক্লোইদৌরেনে। ওম্থোকইদা তোম্বা নঙগী লাইবকশে।”

তোম্বদু ঙসিগী চাক চাদ্রিবনি। অদুবু অরাম্বা ফাওদে। অসুম্না চরা হেনবশি ঙসিতা নত্তে। চৎখিবা মতম খরশি চাবগা চাদবগা চাদবনা য়াম্লক্লবনি।

“খঙদ্রে হৌজিকপু ঐনা তৌদৌশি করিনো ?” তোম্বনা মকোক

খোংলি ।

“কান্নররোই তোম্বা, মাইবরা মাইবীরা অমা থিরশি, কোক হেক য়েথরশি । মদুনা খরা য়াংলনি । মনা মনিল নাইরনুশি ।”

য়াইমবীগী লংলা লংজিল অদুদা তোম্বসু য়ানিংবা পোকই । হায়রকই —

“ঐসু অদুম খল্লবনি । অদুবু মশানা য়াবা কৌবা লৈতে । য়েথদৌ শরুক শিজরুরগে হায় । ঐ হায়ফম খণ্ডদে ।”

খুলদুদা তোম্বা হাইফেৎ মচিল চৎচৈ । মীগী ইকাই খুম্নবসু মফংঙি । অদুবু হন্দক্কি মতাংশিমদি তোম্বদু ৱাখল ইফক ফকচিল্লি । ঐগীদা থোক্লরবদি মীশি পঙশিল্লি হায়বদু তৌই ।

য়াইমবীনা হংলকই — “ঙসি চৎলুববু কমদৌবা ?”

“করম তৌনি । মনে থোকপা অমা আঃ সনা কোনুং মনাক্তা লৈ হায়দুনা চৎলুবনি । অদুবু মফমদুদা লাক্তবা চহি অমা অনীদুম ফারে হায়রকই ।” — তোম্বা ইতুক তুকথৈ ।

“শিমক্তবু, পু পাং শুদবা লমজা ময়াম অমা নঙনা নুংশি চাউরুবগী দোষানিনে ।” — য়াইমবীনা তকশি শোন্দুনা হায়রকই ।

য়াইমবীনা হায়দোরক্লিবা ৱাফমশি, তোম্বগী থম্মোইদা হঞ্জিল হঞ্জিল শুরু শুরু নৈশিন্দুনা চৎখিবা মতম খরশিদা লৈরক্লিবা ৱাফম অমনি ।

চহি ১৮গী মমাংদা থোকখিবা থৌদোক অমা ঙসিসু মঙোন্দদি ইনৌ নৌনা

অদুম লৈরি। অদুদগী মথং মথং নীশিংলকই - তিলোতমাগী মমাদু মহাক পোকপদা শিখি। মমা মচামক শিগদ্রা চিংনরপনি অদুবু উচিন নাচিন্না মাইবী মায়োক্লবীশিংনা তিলোতমাবুদি কলহৌবা ঙমখি। মমাদুদি কনবা ঙমহৌদ্রে।

তিলোতমাগী মপাদু তোম্বগা অঙাং ওইরিঙৈদগী লুনা তিন্নজরকপা মরুপনি। ঈ মতুমদা হুন্দোক্লম্বা তিলোতমাদু য়োক্লকপদা মপাদু নোংলৈ-নুংশিৎ মরক্তা ঙাল্লিবা অপিকপা মৈরাগা চপ মান্নখি। অদুবু অব্রাবদি কৈ লৈবা মফমদা নুমিৎ তাই হায়বদুনি। তিলোতমানা চহি অনী ফারকপদা, মখোইগী খুলদা থোকখিবা লাইচৎ অমদা তিলোতমাগী মপাদুসু লাইকন্নবা ঙমদনা শিখি।

মতমদুদগী তোম্বনা তিলোতমাবু য়োক্লকপনি।

তিলোতমাগী মপানা শিরমদাইদা মমিৎতগী মপী তানা মচা নুপীবু শিন্নরমবগী থৌদোক্তু তোম্বনা মতম চুপ্পদা ইনৌতা নৌনা নীংশিংদুনা লৈ। চহি ২০ শুরবী তিলোতমাশি ঙসিসু তোম্বগী মিৎতদি চহি অনীগী তিলোতমাদু ওইনা অদুম উরি।

তোম্বগা মাগী নুপী চাউবীগা নুংশিননা লৈমিন্নে। অদুবু লাইবক থিবদি মচা পোক্তে। অদুনা তিলোতমাশি লাইনা পীরকপা মচানি লৌই। অদুবু করম্বা লাইবক্লো খঙদ্রে, তিলোতমানা পুংকক চাউখৎলকপা চহি ১২/১৩ শুরকপা অদুব্রাইদা তোম্বগী নুপী চাউবীসু মশা লায়থুং ফত্তদুনা লৈখিদ্রে।

নুপী ওইবীগী ইনখৎলকপগী লুরবা তাংফম অমদা তোম্বনা তিলোতমাবু য়াম্না ৱানা কুপশেন শেন্নদুনা য়োক্লকই। অদুবু তোম্বনা চেকশিলহৌদবা তাঞ্জা খরনা মরম ওইরদুনা মহাক কোক শারে। তিলোতমাদু লোম্না মীরোল্লম্লে।

## ব্রাহংদি লৈরে, পাউখুমদি লৈত্রি

তিলোতমাগী দষাদা তোম্বগী মরাল লৈতে হায়বা য়ারোই। তোম্বনা খুন্নাইগীদমক পুকচেল চাউথোকপশিগী খুদোং চাবা লৌদুনা ইনিংথৌ পামহৈবগী মায়োক্তা থবক তৌবা মীরোৎ খরা মাগী ময়ুমদা শাইদাংফম লৌখি।

মীরোৎ ঙাক্তনি। ফোংনা থম্বা য়াদে। ইনিংথৌনা খংলক্লবদি তোম্বা মশা অঙাং ওনগদৌরিবনি। মীরোৎশিংদু অথেংবা অহিংদা লাকই। নোং ঙান্দ্রিবৈঙদা চৎখি। অহিং ঙহাক শাইদাংফম থিরবনি। মীরোৎ থম্বগী থবকশি মতম শাংনা চৎথখিবসু নত্তে।

মীরোৎশিং অদু মজা ইবুংঙো তোলেন তোম্বগী মনাই ঙাক্তনি। ইনিংথৌ পামহৈবনা রমান্দি ধর্ম্মা শন্দোরকপদু য়ানিংদবা নহারোল খুৎপুনি।

তোম্বাগীদা শাইদাংফম লৌরিবা পাখংশিংদুগী মরক্তা পাখং অমদি মশা মউ খিংঙি। ব্রাং চাউই। মশক চংখোল্লি। ঙাংবা শকপা ফৈ। মী শুমহৎপা ঙম্মী। অদুবু মহাকসু মমা মপা লৈতবা মচানি। লমজানি খংবদা তোম্বনা মঙোন্দা খরা খিৎ হেন্না নুংশি। হুইনাওবী মচা লুনা তৌরগা লৈতোল লেকই হায়বদুনি। পাখংশিদগীনি, তিলোতমানা তোম্বনা ঙসি দষা তাহৌরিবশি।

পাখংশিংদু অমুক তোম্বগী য়ুমদা লাকখিদ্রে। তিলোতমানা থোংবা তরা চাক চারখিদ্রে। মশক ফজবা পাখং অদুনা নারোন্দা তিলোতমাগী নাকোংদা মুরুম মুরুম ঙংলখিদ্রে। অদুবু মখোইনা লাকখিদবা কুইবগী মতিক তিলোতমাগী অৱাবগী মৈচাক্তি অসুম অসুম হেনগৎলক্লি।

তোম্বনা পাখংদু থিরি। ফংবা লৈতে। ঙসিসু থিরি। থিসু থিখিগদৌরি। অদুবু ফংগদ্রা ? পাউখুম পীবা ঙম্বা কনাসু লৈতে।

খরনি লৈরগা পাউ ফংলে। মশক ফজবা পাখংদু মজা ইবুংঙো তোলেন

তোম্বগা লোইননা অৱাগী নিংথি তুরেল খোংবাল য়ৌনা খোংশানখ্রে। খরা লৈরগা পাও অমুক ফংঙি - ইনিংথৌ পামহৈবগী খোংলোইশিংগী মখুৎতা পাখংদু নিংথি খোংবালদা থৱাই মাংখ্রে। মহাক্তা নত্তে, মাগী মপাং খরসু থৱাই মাংখ্রে।

পাউশিংশি ফংবদা তোম্বা, তিলোতমা, য়াইমবী পুন্নমক চীম্বাল থক খা খ্রক খ্রক কংঙি।

তিলোতমা ফমুংদগী হেন্দোক্তে। তোম্বগী য়ুমদা মচেম শকপী য়াইমবী তত্তুনা লাকই। অদুবু ৱা-লান ঙাংনদে। হিদাক ঙাছুক অমা অনী প্রোক প্রোক চিংনরগা অদুম কাইনখি।

তোম্বগী পুন্সি ইহাং হাংলকপগুম তৌই। অহাংবা অদুদা তোম্বনা ৱাখল তৌই - ঐহাক মীনুংশি চাউই। মীনুংশি চাউবা হায়বা অসিসু মতম পুন্নমক্তা অফবা ওইদে। ঐনা তুংগী ৱাখল তৌদে। থোক্লবা অদুতমক থেংনগনি খল্লি। পীকখ্রবা নৌ অমখক্তংনা চাউখ্রবা হিজাও অমা, পাকখ্রবা চাংজৌ নাইদবা ঈপাক লান্নবা হোৎনৈ। পাক্লবা ঈপাক্কি কল্লবা ঈরৈ থেংনবদা পীক্লবা নৌ অদু তেকখিবা য়াই হায়বশি নীংশিংলুদে।

নুমিৎ য়ুংখিবতা মঙাইরি। নুংশাগী মৈশা অদু চাকথেকপমখে শাই। য়াইমবী তহা তহা লাকই। কৌরকই - "তোম্বা ! তোম্বা !"

তোম্বদু হৌজিক্তা ষন ঈশিং পীথক্লম্বনি। মনীং পুখ্রিদা ঈরুবা চৎখিমাল্লে। তিলোতমা থোরক্কুনা ফিদা থারৈ।

ঙসিদি য়াইমবীনা তশেংনা উরে - তিলোতমাদু কুচু তাইফেৎ তাইরে। হকচাংগী ফিভম অমুক লোৎপা য়াদ্রে শক- চু পুন্নমক পুমহোং

হোংলে। হান্নগী মশক্তু মচেৎ অমত্তা য়াওদ্রে। হেক য়াওরিবা হায়ববু, পিদাফমদা থুংলিবা রাশি লৈরবা শম্বু, কাংগাং তৌবা চিম্বাল, তরাও তরাওবা মমিৎ অদুতা মঙাইরে। তোইনা উদবা মীনদি তিলোতমাদু পাক হেক শকখংগদবা মান্দ্রে।

ঙসি নোংমতা উবা মীওইনদি হায়বা য়াই —

“নুপী মচাশি অঙাওবীমক ওইরবসু, মশকশি রাশি অমদি ময়াওরি।”

তোম্বা ইরুজবা কারকই। মচেম্না তহা তহা হংলকই —

“নঙবু চাক চারব্রা ?”

“কদাইদগী চাগদগেনে ? হৌজিক্তা ইরুজবা কারক্লিবশিনি।”

“আস ! তোম্বা ব্রাশি য়াম্না লুরক্কদৌরে। মী ফত্তবশি য়ামখ্রে ”

“করি তৌরে ইচে ?”

“ব্রা অসে লাইরোইদৌরে। করিনো ! করিনো ! ঐদি য়াম্না পাখৎলে। নঙগী মী ফত্তবা, পামজৌ শেলুংবা হায়বদু, ঙসি নিনি হুম্নিশি নঙগী থোঙ্গালদা তোইনা তোইনা উরে। করিনো অমদি তৌররনি। নহাক খঙদ্রা - নোঙ্গৌবী খোংলবদি নোং চুই। নোং চুরবদি লম্বী লৈখোম থোকই।”য়াইমবীগী ব্রাদু লুই। তোম্বসু খংঙি। অদুবু অমুক ব্রারুদ্রে। হায়রকই —

“হৌজিকপু চেন্দুনা হিংবা য়ারিব্রা ? থোক্লিংবমখৈ থোক্লশনু ইচে।”

ঙাঙবমখৈ ঙাঙল্লুরবসু, মীপাইবা পোকপমখৈ পোক্লুরবসু, য়াইমবীদুসু উপাই লৈতে । তোম্বগী ব্রা অসিদা পোপ হেক তাই । চেন্দুনা হিংবা য়ারিব্রা ?

নুমিৎ অদুগী নুমিদাংব্রাইনি ।

নিংথৌ মনাই অঙম্বা খরা শগোল তোংদুনা লাকই । তোম্বগী শুম্নাঙদা লাওরৈ -

"তাও তোম্বা ! ইনিংথৌগী সনা য়াথংনি ! নহাক্লা য়োকচবী, নচানুপীমক্তা নহাক্লা নত্তবা লমচৎ চৎতুনা, তাওজিং মহৈ য়াল্লে হায়বশি ইনিংথৌগী সনা নাকোং য়ৌরে । নপা নচাগী অরোনবা লমচৎশি লৈবাক ওমঙ্গলগী মশক্নি । অদুনা লৈবাক য়াইফনবগীদমক ঙসিগী অহিংশিমক্তদা নপা নচা নয়ুম ইংখোল থাদোক্তুনা চৎখিগদবনি । হয়েং নোংঙানবদা থেংনবা থোক্লবদি, থেংনবা মফমদা নখোইগী য়াইবী মাংলবনি খংজৌ । ইনিংথৌ পামহৈবগী সনা য়াথংনে !!"

নিংথৌ মনাই অঙম্বশিংগী য়াথংশিনা তোম্বদা অনৌবা চৈনা হাপ্পদি নত্তে । অদুবু তোম্বদা মমিৎতা তন্দন পাইবমখৈ ব্রারিবদি - অঙম্বশিংগী ব্রাহৈ — "নচানুপীদা নত্তবা লমচৎ চৎপা " হায়দুনা মহাক্নি পুক্নিগী ইজ্জৎ, সম্মান অমদি হোৎনজরকপা পুম্নমক উৎতা ঘি হৈখিবশিনি ।

হৌজিক্তি, তোম্বগী পুক্নিগী হোৎনজরকপা পুম্নমক লুখাক কোমদা লাক্তুনা লংশেকখ্রে । মহাক্নি হয়েংদগী লাক্লদৌরিবা পুক্নিশিদি, লুখাককোমদগী হৌগৎলকপা, ঈশ্বরগী খুয়া য়ৌবা য়াররোইদৌবা লৈরাংদুনি । লৈপাক্নি অঙম অথৌ শাবশিংগী চিরোলদা হিংলিবা নিংথৌগী সনা য়াথংবু মালেম লৈদা তাহনবা তোম্বগী মতীকসু ওইদ্রি ।

অদুবু তোম্বনা তেংথাজনিংবা ব্রাফম অমদি লৈ। ঈশ্বরনা ঙমদবা থবক, লৈবাক্কি মপু অমনা ঙম্মী হায়বশি খঙবা ঙমদনা লৈজরিবা লৈবাক্কি অচম্বা প্রজাগী পুন্সিশিং অদুগীদমক তোম্বা তেংথানিংঙি।

তিলোতমাদু শিগে হায়না কোম্বৌরি কয়ারক পাইখৎলুরবনি। অদুবু মপা নুংশিবগী মৈনা কোম্বৌরিশিংদু চাকথেকখিবনি।

তিলোতমানা হৌজিক্তি তশেংনা খঙলে, মহাক্কি মপা নুংশিবগী মৈদুনা, মপাবুসু মহাকপুসু পূন্না চাক্লরে। মহাক মতোমতা হায়জে —

"তিলোতমা নহাক নমাগী গর্ভ মনুংদুদা শিজরমদ্রিবা করিগীনো ? নহাকশিদি হিংচাবীনি। নমা হাৎলে, নপা হাৎলে, মদুদগীসু পেন্দ্রদুনা নঙবু লাঙ্গোনবীরিবা নঙগী ঈশ্বরগী মশক ওইরবা নপা অসিমসু হিংনা হিংনা হাৎলে। নহাক শিবদা চপ চাবী নুপীনি। নঙবু য়োকপীরক্লিবা নপাশিগা নঙগী পুন্সিগা করি মরি থোক্লে।"

হৌখিবগীদমক নিংদোল পোম্বা হৈনদবা তোম্বদু তুংদা লাক্কদৌবা পুন্সিগী অনৌবা মহাও নীংথিজনা খংঙি। মচানুপীবু চেকশিলনা থেমজিল্লগা, নুমিৎতুগী ঈচিক হুনবা অহিংদা নিংথৌগী য়াথং পুদুনা ময়ুম ইংখোল থাদোরকই। মপানা মপুনা থম্বীরম্লবা নুংশিত্রবা ময়ুম ইংখোলনি। অদুবু নিংথৌগী য়াথংনি থাদোকপা তাই।

নোংঙান্দ্রিবৈঙদা মপা মচাদু শুগুনুদা থুংহৌদবা য়াদে।

লম্বী চৎনা চৎনা তোম্বনা নীংশিংলকই - লমচৎ লুদবা পামজৌ শেল্লুংবনা মচা নুপী তিলোতমাবু খোইদাই। অতোম্বী ওইহনগে হায়দুনা কয়ারক মঙোন্দা হায়বা লাকখি। নোংমা পামজৌ উবদা শাওরবী তিলোতমানা তিল শিংখি। শোইদুনা তিলোতমাগী তিল অদু তোম্বগী খুৎনমদা তাখি।

## তুমিন লৈয়ু,সনা য়াথং লাক্লে

তিলোতমাগী তিলদুগী ফোং ফোং শাবা অদু হৌজিক্তা ইনৌ নৌনা তোম্বগী খুৎনমদা ফাওরকই ।

নুমিৎনা তরং তরং হুন্দোরকপদা মপা মচাদু শুগুনুদা থুংলে ।

হঞ্জবনা মীয়ামদা পাউ শন্দোরকই -

"অনৌবা অনৌবী অনী থুংলরে । মখা থংবগী লমহাংশিদা অনৌবা মতৈ মনাওশি লৈহনগনি । হৌনবী পাংথোকউ । শীংলুপ্তা মিং হাপচিল্লু ।

তোম্বনা পুন্সিবু ইম্বোক্তে । পুন্সিবু লৌশিল্লি । অদুবু তোম্বনা ৱাই - নাকোংনা তারিবশিংশিসু অচুম্বা নত্তে । মিৎনা উরিবশিংশিসু অওইবা নত্তে । অচুম্বদি কোঙ্গ্রেং মনুংদা মনিমুক্তনা লোৎতুনা লৈবগুম লৈ । অদুবু মী কয়ানা কোঙ্গ্রেং মনুংদগী মনিমুক্তা ফংবা ঙমখ্রবগে ?

তোম্বনা অমুকসু ৱাই - লৈপাক নিংথৌনা ৱায়েল্লি, য়াথং তাওথৈ । নিংথৌ ওইবগী মশাগী নাপল মরক অদুদা নিংথৌনা কদাই ফাওবা য়ৌনা অচুম্বা ৱায়েল চৎথবা ঙম্বগে ? নিংথৌগী অকোইবদা লৈবা অঙম্বশিংগী লনাইগী অপাম্বদুনা নিংথৌগী য়াথং ওইহনবদা কয়া লুনা থোকপগে ?

পুন্সিবু লৌশিল্লিবা তোম্বা তিলোতমা শুগুনু খুঞ্জাশিংগী মমিৎতা নুংশিনরবা মতৈ মনাওনি ।

অদুবু, তোম্বগী মমিৎতদি - তিলোতমা অসে মাগী লৈখিদ্রবী নুপী চাউবীগী মতম্বাক্তা শান্নজরিবা পীক্লিবা চহি অনীগী অঙাং অদুনি ।

তোম্বশি শুগুনু প্রজাশিংগীদি তাতোম্বনি । খুঞ্জাশিংগী অনৌবা পুন্সি শেম্নবা হোৎনরিবা তাতোম্বদুনি ।

অফবা মীদি মতম পুন্নমক্তা অদুম মফে । মফম থিদে, মতম থিদে । গমলাদবু শাংলবসু, নারক্তবু শাংলবসু গুলাবকি ফজবদি খক মাওদে ।

তিলোতমানা মচা নুপা অমা পোক্লকপদা শুগুনুগী খুঙা পুন্নমক হরাওনখি । তোম্বদা ফমথোল পীরকখি - “চাউ’মপা”

নোম্বমখৈ নোম্লগা মনঙ্গলদা মরুম থুরিবা কোংজেং কোকফাইগী দষাদুদা উংজা পুরিবা তোম্বগী অশেংবা শক্লোন্দু কনানসু খণ্ডখিদে ।

নোংমা কুইরবগী তুংদা, মচেম শকপী য়াইমবী তোম্বগীদা লোন্না লাকখি । তোম্বদা হায়রম্মী —

“কান্নররোই তোম্বা অঙাং ওইরিবা চাউবাশে মদোম তরক লৈহৌহনবা চুমদে । তুংদা নিংঙমদবা কয়া লাক্কনি । অদুনা মরোই মনাও তাহনবা চুম্মী । মীচং কনবা হায়বশি হৌজিক্তি নঙগী তৌদবা য়াদ্রবা থবক্নি ।”

মনেগী ঋা তাবদা তিলোতমাদু চীম্বালদা হাইফেৎ নোকখিবগুম তৌখি । ইল্লিবা ইন্নফিদু চিংথদুনা মশা শেমজিল শাজিনখি ।

অদুবু তোম্বদি, শাংনা খাক্লিবা অঙৌবা কাপ্পা হৌরক্লবা খদাং কোই অদু নাম্থখি । অশাংবা শ্বর মপী অমা হোন্দোকখি । ফম্লম্বদগী হৌগৎখি ।

মচেনা হায়হৌই —

“নিপামচা, মদুনা পুন্সিগী ফিদমদা করিসু শোক্কদবা লৈত্রে । থোকহন্নিংদবা পুন্নমক লোইনা থোকখ্রে । অমুক হঞ্জিল্লু হায়বা য়াররোই, তিলোতমাশি য়াম্না নহা ওইরি । হৌজিক্তি মাগীসু খরা মখনবীবা ফৈ ।”

তুমিন লৈয়ু, সনা য়াথং লাক্লে

অমুকসু মখা তাথখি —

"নহাক পুন্সিবু লৌশিল্লিবা অচুম-অরান খঙবা মীশক অমনি। পুন্সিবু লৌশিল্লিবা মীশক অমনা, পান্বে অমত্তা লৈজদ্রবা অতোপ্পগী পুন্সিবু থাদোকপীবা চুম্রা ?"

মচেম য়াইমবীনা হায়রিবশিংশি তোম্বদু তারমগদ্রা তারম্লোইদ্রা খঙদ্রে। অদুবু তিলোতমানদি, অমম্বা অহিংগী নোংথাং অমনি হায়না লৌহৌই। মাগী লাক্কদৌবা শাংনা লৈরিবা পুন্সি অদুবু হম্বনা য়েংলকই। হৌখিবা পুন্সিবু কাওবগুম তৌরকই। অদুবু মহাক্না মসিমদি খন্দবা ওমদে মদুদি "হন্দক্কিশিদি সনা য়াথংমক্তি নত্তেকো !"

ইম্ফাল

তাং ২০।১০।৯২ ইং

# অরুম অয়াং

মহাকপু ওক্লম্বা মী অনী অহুম অদুনা থোঙ অদু হাংদোক্লুনা মহাকপু পুশিনবীরকপা মতম অদুদা মহাক মমিৎ মনা তথক তথকই। মাইকৈ পৃম্বা কোইনা য়েংঙি।

মহাকপু পুশিনবীরকপশিং অদুগী মতুং ইল্লদুনা, তরংদা তাওবা মতৌগুম থাংলিবা মহাক্কি খোঙথাং অদু য়েংলুরগসু মফম অসিদা মহাকশি অমুক্তা চঙলকখিদ্রিবা মীনি হায়বা ইরাই লাইনা খঙবা ঙম্মী।

মাইথোংগী শকফম অদু য়েংলুরবদি, মহাক চহি ৬০গী মথক ওইরগনি। অদুবু হেক য়েংবদা মাইথোংদুদা চীং-লেম্বগী মমি অমা তারি। অদুনা মহাক পুন্সিদা নিপা থোকপা থবক তৌনিংবা মীওইনি হায়বদু তাকই।

মহাকপু পুশিনবিরকপা নিপাশিং অদুগী মরক্তগী অমনা লাওরকই —

"হো তোঞ্জাউবা, অহল অসিবু অহুমশুবা কুঠাদা পুশিনবীয়ু"

অহুমশুবা কুঠা তম্না তোঞ্জাওউবনা অহল অদুবু লমজিংবীরক্লে । কুঠাশি তোঞ্জাউবনা পান্নবনি ।

চৎনা চৎনা অহল অদুনা উরকই - বন্দি খরনা তোতি মখোংদা লেপ্লী । মখুৎতা পাইবা এলুমিনিয়মগী অকোপ্পা পুখমশিং অদু তোতিগী ঈশিং য়াদুনা চামথোক্লে । খরা অমনা পুখমশিং অদু থীল্লদুনা মাগী মাগী কুঠাদা চণ্ডনখি । খরা অমনা পুল্লপ পুল্লপ লেপ্তুনা ব্বারী শারি ।

মফমদু জেল মনুংনি । অহলদুনা খল্লি, জেল হায়বশি অসুম তৌবোরে ।

অহল অদুনা অমুক অকোয়বদু লৈদুনা য়েংঙি । অমুক্কসু উরকই - মফমদুগী অকোয়বা পূম্নমক্তু কা ঙাক্তনি । মনুংদা লৈরিবা কমপাউন্দ মচা অদুদা লৈ-শু খরা হৌই । ফজনা শাৎপদি ইউ উদে । মহাক্কা অমুক্কসু উরকই - মনুংদুদা লৈরম্লিবা মীওইশিং অদুনা মঙোন্দা লোইনা য়েংলকই ।লৈরম্লিবশিং অদুগী মনুংদগী অমনা লাওরকই -

"তোঞ্জাউবা নরাইবক ফৈ । ফগ্রবা, নহা পাউখোল্লোই অমা নহাক ফংজরে ।"

তোঞ্জাউবদু খজিক্তং নোকই । পাওখুম পীরমদে ।

অহুমশুবা কুঠা মনুংদা তোঞ্জাউবনা অহল অদু পুশিনবীরক্লে ।

কা অদুদা পরেং পরেং ওইনা ফম্মুং ১৫ খক থারম্মী । অমখক্তি হাংঙি । অতৈদি লোইনা মোম্পাক, মোম্পাকফিদক থানৈ । খ্বাইদগী মশা নান্না থাবা ফমুং অমগী মনাক্তা অহাংবা কাংথোলদু লৈ ।

অনানবা ফমুংদুদা খুদোম্বীনা থিল্লদুনা তোঞ্জাউবনা হায় —

"অসিনা ঐগীনি। মনাক্তগী অহাংবা কাংথোলশি নহাক্কিনি।"

অমুকসু মখা তাথরকই -

"হৌজিক্তি জেলদা লাকপা মীগী মশীং য়াম্না হেনগৎলে। কাংথোল ফংনদে। অনৌবা লাকপশিংদি অয়াম্বনা লৈমাইদা তুম্নরবনি। অদুবু নহাক্তি অহলনি; জেল্লর সাহেবনা নুংশিবীদুনা নওগীদি কাংথোল পীরবনি। নহাক নরাইবক ফৈ।"

অহলদুনা কাংথোলদুদা হাইফেত্তুং য়েংঙি। খজিক্তং নোকখি।

কাংথোলনি হায়জবতনি। ফাল অশাংবীগা চপ মান্নে। মরাক্তুদি ফুট অনিদগী খরতমক হেনগনি। উশিং অদু নান-খোৎতুনা চনবা কাংথোল নত্তে। চৌবোর খরগা উপাক্কা খাগোক হেক্তা য়ৈশিনবনি।

অহলদুনা কাংথোলদুগী দৃশ্যদু য়েংলিঙৈদা তোঞ্জাউবনা মখা অমুক তাথরকই —

"অহল, নহাক্কিদমক কম্বল অহুম পীগনি। চাক চানবগীদমক এল্লুমিনিয়মগী পুখম অমা ফংগনি। নহাক নৌতুলনি। অদুনা এঞ্ছাং হাপ্পবা তেঙ্গোৎ, ঈশিং থক্লবা গ্লাস ফংবা য়াখিরোই।"

অমুকসু মখা তাথরকই —

"জেলদদি তেঙ্গোৎকি দরকারসু লৈতে। কনা অমত্তা ফল্লগা চাক চানদে। লেপ্পা লেপ্পা খুৎ ওইনা পুখম পাইরগা, য়েৎনা চাক চাবনা হেন্না হাওই। ফল্লগা চাক চাফম লৈতে। লম্পাক্কি উফুল মরকশিদা করম্না ফল্লগা চাক চাগনি। ঈশিং থক্লিংলবসু, তোত্তিদা চৎলগা কোঞ্জিলদা খুৎনা য়াদুনা

থকপনা হেন্নবু হাওই ”

তোঞ্জাউবদু ব্রাফম অমা নীংশিংলকপগুম তৌই। মথব্রাই খজিক্তং নুংঙাইতে, হায়রকই —

“অহল নহাক ঙসি নুমিদাং অসিমদি চরা হেনবা তারে । উপাই লৈতে। হৌজিক ফাদোক পূম্নমক চাক চাবা লোইনখ্রে। নিংথম থাশিদি নুংথিল পুং ৪-৩০ দা ফাদোকশিং চাক চাবা লোইশিন্নে ।

অহুমশুবা কুঠাগী মাইয়োক্লবা মপা ওইরপনা লৈরিবা চাউরপ তৌবা শঙজাউ অমদা খুদোম্বীনা থিল্লদুনা তোঞ্জাউবনা হায়রকই -

“তু আদগীশি চাকশঙনি। থোং থাকপা হৈবা বন্দি খরা খল্লগা পুজারি ওইহল্লি। মখোইগী থবকশি য়াম্না ব্রাই। অয়ুক ঙস্তাদগী নুমিদাংব্রাই ফাওবদা মখোই চাকশঙদা অদুম লৈবা তাই। অয়ুক পুং ৯-৩০ দা ফাদোকশিং চাক পীজবা নংনবা অয়ুক পুং ৬ তগী চাকশঙদা চংঙি। অদুগা নুমিদাংগী চাক্কিসু নুংথিল পুং ১ গী মমাংদগী চাক থোংগৎপা হৌরবনি। থোং থাকপগীদি য়াম্না কা হেন্না হৈ শিংদ্রবসু য়াই। হব্রাইদু চাউরবা পাত্রদুদা হাপচিল্লগা ঈশিং হৈজিন্দুনা ফুৎপতনি। মদুদা মোরোক খরা থুম খরা থাক্কনি। থাও শোক ওইনা তোপ্না মুলহল্লবা থাও খরা হৈজিনগনি । মদুনা লোইরে । চয়োল অমদা নোংমদি ঙা নত্রগা শা পীগনি। খুৎথোংদি অমহাগী অমহানি। করিগুম্বা কান্দদি হব্রাই থোংবনবু হেন্না হাওবসু য়াওই ।”

তোঞ্জাউবনা ঙাংলিবা ময়াম অদু অহল অদুনা কা হেন্না পুক্লিং চংনদি তাশিল্লুদে। মহাক্লা খল্লি —

“জেলগী হব্রাই হায়নরিবনি। ফদুম ফমল্লে, য়ুম ফাওবদা নীংথি নুংঙাইনা চাবা ফংনদ্রবা মতমশিদা, জেলদগীবু করি আশা তৌনিংঙাই লৈগদগে ? খরা

ফংলিবশি ফবু ফমল্লবনি ।”

চাবা থকপগী মরমদা অহল অদু ঙসাই মখৈ করি অমত্তা খল্লমদবনি । অদুবু তোঞ্জাউবগী ব্রারিশিং অদুদগী অহলদুনা নীংশিংলকই —

মহাক ঙরাং নুমিদাং চাক চাগে তৌজরম্লবনি । মাবু ফাবা লাকপা দারোগা বাবুশিং অদুসু ফংমন্দে । চাক চাবা নংদবমখৈ ফাদুনা পুলিস স্টেসন্দা পুবীরকখি । ঙসি অয়ুকসু তল অনীগা চা গ্লাস অমগা পুলিস লোক অপতা ফংখিবদুদগী হেন্না অতৈ ফংখিদে ।

অহলদুনা খল্লি —

“চাক চরা অহুমখক্তং হেনবনা ঐগী হকচাংশিদা করিসু তৌবা য়াল্লোই । ঈশিং থক্লগা লেনবা য়াই ।”

তাঞ্জাদুদা সনাতোন্না তেরা কম্বল অহুমগা, এলুমিনিয়মগী পুখম অমগা পুরক্লুনা পীররে । কম্বল অহুমদু মতু কোকথরে । পুখমদু কোপলি কোপলি তৌরে । পোৎশিংদু পীনা পীনা সনাতোন্না হায়রকই —

“গোডাউন্দা লৈবশিংগী মরক্তগী খ্বাইদগী ফবা ঙাক্তা খল্লগা পুরক্লবনি ।”

থোঙদগী হুমজিল্লকপা, নিংথম থাগী নুমিদাংব্রাইগী উন পুবা নুংশিৎ অদুনা অহল অদুগী হকচাংদুদা য়ৈরকই । চরা অহুম্লক হেনগদৌরিবা মথৌনা লৈরবা অহলদু অঈংবা খরদি ফাওরম্মী ।

থংনবা মিৎকুপ অমদা অহলদুগী শকফম হোংখিরম্মী । কম্বলশিং অদু মরোল থোরকপগুম তৌরকই —

"ইতু কোকথরক্লবা কম্বল ঐখোইশে ফাদোক কয়াবু সেবা তৌরক্লবনি। মখোইগী অঙ্গৈংবা ঙাকথোকপীরক্লবনি। ঐখোইনা হল্লিন্তৈদদি মতীক লৈবা ফাদোকশিং সেবা তৌবা ফংজরম্মী। মঙ্গরক্লবশিদদি নখোইগুম্বা মতু শোনবা ফাদোকশিং সেবা তৌজরিবনি।"

অহলদুনা খল্লি —

মখোইদি মখোইগী মথৌদু তৌরি। মখোইনা হায়রি - ইরৈ লৈতবদগীদি, খরা লৈবনা হেন্না ফবনি।

কম্বল অহুমদু অহলদুনা লৌশিনখি। খল্লি, হকচাংগী মশা মতোমতা ঙাকথোকচনবগী পাঙ্গল লৈজে। মখোইশি পাঙ্গলদুদা অদুক মতেং খরা পাংজবগী ব্রাতনি।

নুংথিলগী পুং ৫ তাখ্রে।

মনুং পানবশিংনা কুঠা খুদিংমককি বন্দি গীন্তি তৌখ্রে। বন্দি লোইনা কুঠা মনুং চঙখ্রে।

পাক চাউরবা জেলগী কমপাউন্দ মনুংদু উন ব্রাইমুক চিকখ্রে। কুঠা পুম্নমক ব্রার্দরশিংনা মপান্দগী শো লোনখ্রে।

কুঠাশিংগী থোঙগী থোঙজাউশিং অদু উপাক্কি থোঙনা পান্দে। য়োৎচৈ লেংদুনা শেম্বা থোঙনি। ব্রার্দরশিংনা মপান্দগী কুঠা মনুংদা য়েংশিল্লকপদা বন্দিশিংনা অহিংদা করি করি তৌবগে হায়বদু কোম্লা উনবা শেম্বা থোঙজাওনি।

মসিগুম্বা থোঙ খুৎপান অসিদদি মপান্দগী হুমজিল্লকপা উন পুবা নুংশিৎনা

কা মনুংদা হরাওনা শান্নে ।

অহলদুনা হায় —

"কাংখল অমত্তং য়াওরবদি, নুংশিৎ অসি খরদি শাফগদবনি ।"

তোঞ্জাউবনা খুমখি —

"উপাই লৈতে অহল ! বন্দি পূম্নমক কোক্তা খুদৈ য়েৎনরিবশি উরেদনা। মসি লোক থুংদনবনি। জেল মনুংদা কাংখল খনবা য়াদে। খঙলেদনা থোঙজাওশে । মপান্দগী য়েংশিল্লকপদা কা মনুংশি শিন-থুংনা উনবগীদমক্তনি। মসি সেক্যুরিতিগীদমক্নি। বন্দি হায়বশি অফবা অমত্তা য়াওবা নত্তেনে ।"

নুমিদাংৱাই পুং ৫ দগী ফমুং চঙদুনা তুম্বা হায়বশি অৱাবা মশক্নি । হয়েং নোং ঙাল্লকপা অয়ুক পুং ৫/৬ ফাওবা তুমগদৌরিবনি অয়ুক পুং ৫-৩০ দা ৱাদরশিংনা থোঙ হাংদোক্লগনি ।

তুম্বা থেম্বা ওইনা বন্দি পূম্নমক অদু তোঙান তোঙানবা ৱারী শানৈ । নুমিৎ খুদিংগী মিৎকুপ অমত্তা কাংদবমখৈ উন্নরিবা মীওইশিং অদুগীসু, নুমিৎ খুদিংগী তোঙান তোঙানবা ৱারী অদুম থোরকই। মীওইবনা লৈরিবমখৈ ৱারী হায়বশিসু লোইবা নাইদবা জাৎনি ।

ঙসিদি অহল অমসু লাক্লবনিনা অনৌবা ৱারী অমসু থোরক্লগনি । তোঞ্জাউবনা ৱারী হৌরকই -

"অহলবু ফনা নীংথিনা অহল ওইনা উরে। চহিদি য়াম্লম্লনি ।"

"উম ! য়াম্নদি অহল নত্তে। ৬৫ দি শুরে।"

"অস ! ঐখোই পুপুহোই লেঙ্গানিনা।"

"অদুগা কৈদৌরে ?"

"হুম জেলদা লৈবা হায়বশি নুংঙাইতেদনা।"

অহলদু স্বর মপী হোল্লি। তাংলি তাংলি তৌরক্লবা মকোক্তু মখুৎনা নাইহ্রে। খুম্লকই —

"মীওইবা হায়বশি মানা মানা তৌনিংবা অদু ঙাক্তা তৌবা য়াদে। তৌনিংদবা কয়াসু তৌবা তারকই। তৌনিংবা কয়া অমসু তৌবা ঙমদনা তোকই। অদুবু পুন্সি হায়বশি লেপ্তুনা চাংয়েং তৌরিবা পোৎশক অমনি।"

অহলশিগী ৱাদুদা তোঞ্জাউবা কুপ্পা খল্লুদে। মতোমতা খল্লকই - অসুক অহল ওইরবশিনা করিগী জেলদা চংলক্লিবনো অহলসু অরানবা তৌব্রা? মীগী মপোৎ হুরানব্রা ?

অমুকসু খল্লি - মহাকশি অরানবা তৌবা মী অমনি। মরাল লৈতনা মফমশি য়ৌরকপা য়ারোই।

কুঠাশি পান্নরিবা তোঞ্জাউবনা জেলশিদা লৈরকপা চহি অহুম হেনখ্রে। মহাক কনাবুসু থওইদ্রে। হায়নিংবা পন্দে। থক-খা য়েংদে। ফোংনা হংলকই —

"অহল, নহাক পুন্সি চাংয়েং তৌনবগীদমক জেলদা চঙলক্লিব্রনে ?"

তোঞ্জাউবগী খোন্দাশিদা অহলদু নুংঙাইতে। অদুবু শাওরুবগী কান্নবা ফংলোই। মহাক্না খল্লি - মফমশিদদি ইশা কোমথোকপনা খ্বাইদগী ফৈ।

অমুকসু খল্লি - অরিবা লৈরম্বা ফাদোকশিংনা অনৌবা ফাদোকশিংবু উশিংতে, লক্লুবী, করেম্নবী, থীনা তৌবী হায়বা ব্রারীশি চুম্মী। মসি মফমশিননি। অদুবু অমুকসু খল্লি —

"ঐঙোন্দদি মদুম তৌবা য়ারোই।"

অহলদু পাওখুম অমত্তা পীদ্রে।

অহলদুনা তুমিন্না লৈখিবদুদা অহলদু মবুক্তা খরা ব্রারৌরে হায়বদু তোঞ্জাউবসু খংঙি। হায়রকই —

"মীওইবনা মশাগী মরাল হায়দোকপা হায়বশি চংনদে। অদুবু থৌনা ফবশিংদি মশাগী মরাল হায়দোকপদসু থৌনা ফৈ।"

তোঞ্জাউবদু অঙাংনি। অদুবু মাগী তর্কদু তাবদা অহলদু শাওনিংবা কোক্লকই। মহাক্না খল্লি —

"অপঙবা, মবুক ফত্তবা মী লোইনবদগী অশিংবা মবুক ফত্তবা মী লোইনবনা হেন্না ফৈ। অদুবু জেলশিদা লাক্লিবা মীশিং অসি অপঙবদি অমত্তা য়াওফম থোক্তে। মরমদি অপঙবনা লমহেনবা থবক তৌদে।"

তোঞ্জাউবনা হায়খিবা ব্রাগী ওন্ন-তৈনবদা অহলদুনা হংজিল্লকই -

"ইবুংঙো নহাক চহি কয়া শুরে।"

চহি হংবা হায়বশি তোঞ্জাউবগী অশাওবীনি। মঙোন্দা মীনা চহি হংবা য়াদে। অদুগা মঙোন্দা মীনা ব্বা নমহৎপসু য়াদে। নোংমা ব্বা কারন তৌরকপা বন্দি অমা ফুরুবগীদমক মহাক সেল মনুংদা নুমিৎ ৫নি মপাল শুংথোক থোকহন্দনা থম্বগী সজাই অমসু ফংলুরবনি। অদুবু ঙসিদি মহাক শাওদ্রে। খুমলকই —

"পাখংনি। চহি ২৪ শুরে।"

অহলদুনা মখা তারকই —

"অদুদি নহাক নপাং কাইনরম্লগনি নঙগীদমক ব্রাজহৌবী অমদি শোইদনা লৈহৌরম্লগনি।"

অহলদুনা তোঞ্জাউবদগী লমজেল থোইখ্রে।

ব্বারি তারম্বা ফাদোক অমনা লাওরকই —

"মতমগী লময়ৌবী অমগী মশুং লাংগীদমক তোঞ্জাউবশি চহি ৫ জেলগী হৃব্বাই চাগদৌরিবনি।"

ব্বাফমশি তাবদা অহলদু খংপ্রেক খংঙি। থম্মোইগী মীহুল দং দং চোংঙি হংলকই —

"করিগীনো ? মশানা য়াদনা ফারুব্রা?"

তোঞ্জাউবনা খুম্মী —

"নত্তে"

"অদুগা করিগী"

তোঞ্জাউবদু ঈ কারক্লে। মাগী মীহুলদু চোংলকলে। শাওনা হায়রকই —

"ঐখোই বাবাদুননি।"

অহলদু ইঙক ঙকই। মরী শন্নদবগুম তৌই। হংলকই -

"বাবানা কৈদৌরবা ?"

"ঐখোয় বাবাদু বাবানি। মচা নুংশিবা খঙদে। অচাউরম কাই। ঐনা চেঞ্জরকপী মমৌ নুপীদো পামদবদগী ৱা জাৎ জাৎ ঙাংঙি।"

ঙহাক লক্কক তৌরুরগা অমুক মখা তাথরকই -

"বাবাগী ৱাঙাংদা নুপী ময়ুমদু শাওরে। ঐগী ইথক্তা রেপ কেস তৌরকই। বাবানা কেস থেংনবীদে। ঐসু শাওরে। কনফেস তৌরে। অদুদগী চহি ৫ কনভিক্সন ফংলে।"

তোঞ্জাউবদু ঙহাক তুমিন্না লৈরে। অদুদগী তপ্পা হায়রকই -

"ঐহাক থা খরা রিমিসন ফংখ্রে। খরগসু ফংখিগনি। অদুনা জেলদা লৈগদবশি চহি ১ রোমতা ঙাইরগনি।"

অমুকসু মখা তাথরকই —

"ঐ মীনি। শাংলবা পুঙ্গিসিদা জেলদা চহি ৪ রোম লৈবা হায়বশি করিসু

নত্তে ।”

ব্রাহৈশিং অসি হায়বদি হায় অদুবু তোঞ্জাউবদু নুংঙাইতে হায়বদি অহলদুসু খংগ্তি । মী অমগী ইনখৎলকপগী পুক্সিদা চহি ৪ জেলদা লেনখিবা হায়বশি, অচৌবা মাংজবনি হায়না তোঞ্জাউবনা লৌদ্রবসু অহলদুনদি লৌদবা ঙমখিদে ।

অব্রাবা অমদি নুংঙাইবা অনীনা শিন্ন-শিন্নদুনা অহল অদুগী পুক্লিংদা ঈথক হৌরক্লে । সংসারগী চৎনলোনগী মরমদা অচুম্ব চুমদগী চাং অমা কন্না ওন্নবা হোৎনৈ। অদুবু চাং অদু ওনবদা ঙহাক তুমিন তুমিন লৈনরুরবা মতুংদা অহলদুনা তপ্না হংলকই -

“মদুদা নহাক্কি বাবাগী মরাল করিনো ?”

ব্রাহংদুদা কুঠাদা লৈরিবা মীশিংদু ইঙক ঙকই । তোঞ্জাউবগী মপাদু মরাল লৈবা মীশক অমনি হায়না খন্দবা কনাসু য়াওদে । মচানা পামজবা অমবু মমৌ ওইবদা অদুক পুকচেল কনবা মী অদু, মী নত্তে হায়না লৌনবা ঙাক্তনি । অদুগা তোঞ্জাউবগী দোষ পুথোক্লগনা, “মপানা হায়বা ইন্দবা হায়বা ” অদুনি ।

ব্রাহংদুগী পাওখুম অমত্তা ফংলক্রবদা অহলদুনা মখা তারকই -

“পাখং, নহাক্না নঙগী বাবাবু ব্রারৌরিবা অদু ব্রারৌফম থোক্তে। সংসারদা মী অমনা মী অমবু মরাল পীনিংঙাই মরম লৈতে । মরাল হায়বা অসে, মী মী অদুগী ব্রাখলগী মখা পোল্লি ।”

অহলদুনা ব্রাফমশি মচিন্দা হায়দি হায়দোক্লুরে । অদুবু খল্লি - ব্রাফমশিবু মখোয়না য়ানিংফম থোকপ্রা ?

কুঠাদুদা লৈবা মী পূম্নমক তুমিন তুমিন লৈনৈ। তোঞ্জাউবসু মখা তারকখিদ্রে।

ঙহাক্কি অচিকপদু থুগাইদুনা অহলদুনা ৱারী হৌরকই —

"ঐগী ইচা অতোম্বদু পাখংনি। তোঞ্জাউবগী লেঙ্গানি। মহাক চৎখিবা নিংথৌকাবা নুমিত্তা নুপী চেল্লকই। অচৌ অশাংগী মচা মশুনি। ঐবুসু, ইচাবুসু মখোয়না পামদে। কেস তৌশিল্লকই।"

তোঞ্জাউবদা ওনশিল্লদুনা মখা তারকই —

"তোঞ্জাউবা পামদবা হায়বশিসু পামদেনেকো ? নঙগী বাজিগুম্বজাৎনিনে।"

অহলদুগী ৱারীদুগা তোঞ্জাউবগী ৱারিদুগা মান্নমনখিদুনা, লৈরিবা বন্দিশিং অদু নাকোং শেংদোক্লরকই। তোঞ্জাউবনা অহলদুগী মমাইদা মুন্না য়েংঙি। অহলদুগী লাইবক, পিশুম, মমিৎ, মনাতোল, মচিম্বাল মথং মথং য়েংলকই।

তোঞ্জাউবনা উরে - অহলদু ৱা ঙাংবদা চিম্বালদু য়াম্না চেকশিল খোমজিল্লি। মিৎ অদু মরক মরক্তা লাওথোরকই। মঙক কন্না হাইদে। পুক্নুংগী ৱাখল ফোংদোক্লবা হোৎনবদা মখুৎ খরা খরা শিজিন্নৈ।

অহলদুনা মখা শমথরকই —

"অঙাং অনীদু য়াম্না নুংশিননা উই। থানাগী ইবুংঙোশিংনা ফাদনবা কোইলোৎ লোৎলি। মমৈদা ঐঙোন্দা তাইনরকই - ইচাগা ইমৌগা পুথোরক্লবদি ঐবু ফাগনি।"

ম্না ঙাঙবা ঙহাক লেপ্পুরগা, অহল অদু নোকথোরকখি। হায়রকই —

"লৈবাক্কি আইন হায়বশিসু নুংঙাইরিবা জাৎনিনে। শগোলনা লৌ চারগা চেনবা ঙমদবা ইরোইদা তাইনৈ হায়বদুনি।"

বন্দি অমনা হায়রকই —

"হুই ঙাওরগা হুইবু থি হায়বদুনি।"

"হো, মদুবুদি ওইজরো। য়াদৌবা ঐনা য়াদুনা জেলদা চঙলকলিবশিনি। ঐদি চহি অমগী ম্নাবু নত্তে, পুন্সি চুপ্পা জেলদা থমগে হায়রবসু থমজরশনু হায়না লাক্লবনি। ইচাগা ইমৌগা মখোয়না ফারকপা হায়বা অদুমদি ওইথোক্লরোই।"

অহলদু শাংলবা নুংশা শ্বর মপী অমা হোন্দোকই। মখা তাথরকই —

"ঐনা হায়বদি, ঐবু মিয়াদ পীনবা আইন অদু কদাইনো হায়বনি।"

তোঞ্জাউবদু ম্নাখলনা উংলম্মী।

তাল্লক্তুদা ময়ামদুগী মরক্তুগী অমনা হংলকই —

"নহাক্লা নঙগী নচা অদুবু অদুক নুংশিরিবা করিগীনো ?"

অহলদু অমুক নোক্লকই। হায়রকই —

"ঐনা ঐগী ইচাবু নুংশিবা নত্তে। ঐনা নুংশিরিবদি মখোয় অনিগী 'নুংশিনবা' অদুবুনি। ঐসু পাখং ওইরকই। ঐগীসু নুংশিবা লৈরকই। মতম

বাহংদি লৈরে, পাউখুমদি লৈত্রি

অমগী ঐগী নুংশিবগী ঈচেল অদু শিদ্রবা ফাওবদি অদুম চেনথিগনি।"

পুন্নমক তুমিন তুমিন লৈনৈ। অদুবু তোঞ্জাউবগী থম্মোইদদি মগা অনীগী অরুম অয়াংগী খল অদু কন্না ওল্লি।

ইম্ফাল জেল

তাং ১৬।১।৭২ ইং

# অশৌবা ঈশিং

চাক থোংনা থোংনা সনাতোম্বী মতোমতা খঞ্জে

"ঐগী খুৎ-শা, খোং-খুৎ অসি কয়াদা মোৎলবনো ? খুত্তা অসিনা থোং-থাকপা কয়াশি মখোয় চাবু চারিনে।"

নিংথম থাগী নুমিদাংনি। অৱাং থংবা শঙ্গোই মনা শিনখিবগী ইকুম অদুনা মৈ য়াংলি। মনমদা থাদক্কি অঙাংদুসু পোরি।

চাক থোংনা থোংনা সনাতোম্বীদু থবক য়াম্না চিল্লি — এঙ্খাংসু শেম্মী, মৈসু য়াংঙি, ফুঙ্গাদা মকুগী মখোং মখুৎ হাম্নবা ঈশিংসু লুম্মী, মনমদা পোরিবা অঙাংদু কপ্পুনবসু হোৎনৈ। অঙাংদু হেক মিৎকপ থোরকপদা, মহাক মহাভারতকি লাঞ্জাউ অমা থেংনবগা মান্নগদৌরিবনি।

ঙশাই নুংথিলদু চেংহি-উতি লুথোকচগে, মশম মনা তরু তরু খরা হাৎতোকচগে খন্দুনা অয়ুক্কি চাক থোংবদা চেংহি খরা লৌজবনি। অদুবু মতম শংখিদে। ফিয়োনবীনা লৌরগে ঙাইরিবা ফি ককথোক্লবা হোৎনবা, ফৌশু

চেংশু, ইংখোলগী এঙ্খাংনাপী হেকপা, ঈশিং চাইবা — কুপনোম ময়ামশিদা মিৎকুপ অমত্তা শংখিদে। মসে ওসি নোংমত্তগী ৱানত্তে। নুমিৎ খুদিংগীনি।

নুমিদাং অসিদা চাক থোংনা থোংনা অমুকসু খল্লি —

" ঐবু মোহমল্লে। অয়ুক ইরুবদু ঈশিং-অইংবনা শ্বাই চাইথরগা তোকপনি। নুরা হেন্না থাংজিল্লকই। ওসিদি মী খ্বাইনা তুম্না-হিপ্নব্রবা মতুংদা ঈশিং অশাবনা খোং-খুৎ অসি খরা নীংথিনা মহামদোক্লগে।"

সনাতোম্বীসে ৱাখল ফাওবা খরা কুইনা খন্নবা মতম লৈজদে। ওাইহাক্তং ৱাখল খঞ্জরিঁঙৈদা, কুম পুনা নারিবা মনেম্না ফমুংদগী নাহে নাহে লাওরকই —

" চাক থোংবদো, চাকখুমদা ফোৎচিন্দুনা লৈরনু। অঙাং নুবী হৌরক্ত্রিঙৈদা কোক কোক লোইথোক্লো। মাইবনা পীরম্বা হিদাক্তু খরসু মফুৎলকউ; চাকচামাংশিদা য়াউম অমত্তং থকপা য়াব্রা অদুক য়েংগে।"

সনাতোম্বীনা খ্বাইদগী কিজবা অসি মাগী মনেম অশোনবী অসিনি। মনেমগী মমাংদা নোংমতা খোং চুম্না থাংবা ওমজদে।

সনাতোম্বীগী মকুবোক অদুদি চাউচৎনি। একাদশিগী চাক থেংবগী লাওরকপা অদুমদি সনাতোম্বীশি মপাম য়ৌদা য়ৌরদৌ মাল্লি। অদুবু কুইনা শাওগন্দে। মরক মরক্তসু মশু লৌবী। খরা চাউরবা অহলদুগদি তোইনা তোইনা ৱারি শানৈ। ইমুংশিদা সনাতোম্বীবু খরদং তেংবাংবীবা মী অমা খল্লু হায়রগদি মকুবোক চাউচৎ অসি নত্তনা অতৈ লৈতে।

অয়ুক্কি পুং ৭ তা চাক লোইবা হায়বা অসে সনাতোম্বীগী নোংমগী শোইবা য়াদবা থৌদাংনি। মাগী মপুরোইবদু অয়ুক পুং ৮ দা দুকান থোং হাংবা নংনবা নুংতিগী চৎলি। য়ুম পুনবা করবারনি। নোংমত্তা মতম কাইবা য়াদে। দুকান

থেংনা হাংলবদি নোংমগী পোৎশিং হৈ্ছে।

সনাতোম্বীগী অয়ুক পুং ৭ কি থৌদাংশি পাংথোকপদনি, নিংথম থাগী মতমশিদা, মাগী খোং-খুৎ শাথিনা কাই খোৎলিবা।

অয়ুক ইরুবদা সনাতোম্বীনা ঈশিং অশাবা খরদং থৌরাং তৌগে হোৎনরুরবদি মনেম কুম পুবীদুনা নাহে নাহে লাওরক্কনি —

"ইমাইপেম্মা! হৌজিক্কালগী মৌশিদি! শীংনা শীং তাংবশিদা, ঈশিং অশাবও করিও, রানীদু ঙাইরেনে।"

অদুদগী অনাবীদু শ্বর চনিং চমাং শম্মরক্লোই। লোক খুগৎলক্কনি। ফুনগৎলক্কনি। নাহেরক্কনি। শ্বর থিঙ্গৎ থিঙ্গৎ মতেক মতেক হায়রক্কনি —

"হুও-! নখোয়দা ঙাংনবদা ঐ পুক্নি তেন্দৌরি। ঐদা শিগ্রগা নখোয় নুঙাইহৌরোকো! 'সুক পাম্মুবা খঙদবশিবু।"

মনেমগী কোৎচীগী বাহে ময়ামশি ঙাংলক্কনি খনবদা, সনাতোম্বীশি, ঈশিং অশাববু য়েক্লবগা চপ মান্নবা লৌরকই।

নিংথম থাগী উন্না থ্রং থ্রং তাবা মতম অসিদসু নুমিৎ খুদিংগী সনাতোম্বী পুথ্রিগী ঈশিংনা চাইথদুনা ইরুজে। মসিনসু মাগী হকচাংশি মোৎপা হেলহল্লিবনি।

মপামদা লৈশারিঙৈদা মসুম্না মোৎলম্বা নত্তে। মশক্তু লময়ৌনা ঙানবমক নত্রবসু নুমিৎ খুদিং চেংহি-উতি লুজে। তনাল তনাল লৈজে। চানিংবা চাই, শেৎনিংবা শেৎলি। কৈজে। মমাগী নুংশিবা ফংঙি। থবকসু থেক তেকপমখৈ শুই। থবক শুরবসু অব্বাবা করিনো হায়বদুমদি মশক খঙলক্তে। রাগ য়াওনা শুবা থবক্কনি।

ঙসিদি সনাতোম্বীদু পুমহোং হোংলে। খুরক হাংদনা নুমিৎ চুপ্পা থবক শুরবসু মাবু থাগৎপীনিংঙাই য়ুম অদুদা কনাসু লৈতে।

লৈশারিবৈঙেদা মমানা হায়খিবা ব্রা সনাতোম্বীনা তত্তনা নিংশিংঙি। ঙসিসু চাক থোংনা থোংনা নিংশিংলকই —

" ইবেম্মা মরম মোকউ, তুখোং লংঙু। নয়ুম পাল্লগা নকু ননেম ফত্তবা থেংনরবদি থুম পৈশা মরি লোইদনা হল্লক্কনিকো। নিঙোল হায়বা অসিদি মপামদা শিয়ু লৈতবনি। ননেম নকুনা য়ানবা চৎকদবনি। য়ুম্বানবা হায়বা অসিদি থোইদিং মরুদগী হেন্না কুপ্পনি। পুম্নমক ঙম্নবা চৎকদবনি।

মমানা অমুকসু হায়খিবদু নীংশিংঙি —

"নুপী হায়বশে পাপকি মশক্কি। অদুবু পাপ য়াওদনা পুন্য হায়বদু লৈবা য়াদবনি। পাপ মশক খঙদনা পুন্য মশক খংবা য়াদে। ঐনা হায়বসি নঙ ভাব তাও, য়ুমগী নুপী হায়বশে পূম্নমক্কি তাইশিন্নফমনি।"

লৈশারিবৈঙে মতমদুদা মমাগী ব্রাহৈশিংগী আর্থ অদু সনাতোম্বীনা মুন্না খঙলমদে। খঙগে হায়নসু হোৎনরুদে। থোইনদুম মমাবু ঙাংগনবীনি হায়না শাওনিংবা পোকই। অদুবু হৌজিক্ত মমাগী ব্রাহৈ খুদিংমক্কি আর্থ চোংথোরকই।

ইকুম অদু য়াংনা য়াংনা সনাতোম্বী চাক লোইশিল্লক্লে। মনেম মকুগী চাক শেম শারে। ঙাংগনবী মনেমগী হিদাক অফুৎপা মহি পীথক্লে। সনাতোম্বীদু শ্বর হোন্দোক্লে।

চাকলুক মপান্দা ফম্লদুনা মনেম্মা হায়রকই —

অঙাং অচৌবা অদো হৌদোকপীরক্লো। পূন্না চাক চামিন্নহৌরগে।"

" অবোক হান্না লোইশিনবীরো । তুমশিং ফাদনা হৌদোক্লুরগা নিঙাই তৌরক্কুনা চারম থক্লম খঙলরোই ।" — সনাতোম্বীনা মপুরোইবগী চাক শেম শানা খুল্লকখি ।

মশুগী নিংঙাই মুন্না খঙবা মবোক অদু ব্রা মথা তারক্ত্রে ।

চাউচৎ চৎপা মকু অদু চাকচা তোক্লদুনা, মখোঙ মখুৎ হাল্লগা ফমুং চঙখ্রে । ঙাংগনবী মনেম অদুসু মখোঙ মখুৎ হামদোক্লি । নিংথম থাদদি তুল্লমদাইদা ঈশিং অশাবনা খোঙ খুৎ হামদোকপশিনা লুম্বা হেল্লি হায়দুনা হনুবা হনুবী অনীদু নুংতিগী তুল্লমদাইদা খোঙ খুৎ হাম্মী ।

সনাতোম্বীনা অনৌবা ঈশিং অমুক লুমখৎলি ।

তাঞ্জাশিদা য়াচংবদগী নিঙাই তৌ' মখৈ তৌরম্লগা তুমথখিবা অঙাং অচৌবদু মিৎকপ থোরক্লে । ফমুংদগী কপ্লকই ।

সনাতোম্বী চেনশিন্দুনা ফমুংদগী অঙাং থাংথরুই । নিংঙাই মথা তারক্তনবা থেম্মী —

"তো-তো ইঙো' চৌবা । চাক মম্-মম্ চাথোক্লশি । ইচাগীদি ঙাসু লৈরে, মঙ্গ্রাসু লৈরে । নঙগী বাবানা হোরেল হল্লকপদা ইচাগীদি খোঙ্গ্রাউ ফুরিৎ ফজ-ফজবা লৈরক্কনি ।"

খোঙ্গ্রাউ ফুরিৎকি ব্রা পল্লকপদা, নিঙাই তৌগে তৌরম্বা অঙাংদু তোকখ্রে। হায়রকই —

"ইবেম্মগীদি অমত্তা লৈগুমশিকো ইমা ।"

খোল্লাউ ফুরিং লৈবীনবা ইঙোচৌবনা নিঙাই তৌরক্লিবশি নিনি হুমনি হেনগ্রবনি।

মমাদু তাঞ্জা লৌরকই। হায়রকই —

" হোই হোই, ইচাগীতা লৈগনি । লাকও লাকও চাক কোগোক চাথোক্লুরশি। ইমা চাক মম্-মম্ ইনগে।"

মচাদু হরাও হৱাও য়ারে। চাকলুক মপান্দা ফম্লে। কোইনা য়েংলকপদা মবোক্লা ফমুংদা হিপকদবগী থৌরাং তৌবা অদু উরক্লে । নিংঙাই অমুক হৌরকই —

" তল্লি, ঐ অবোক্কা চাক মম্-মম্ চাগনি। ঐ অবোক্কা চাগনি।"

নিংথম চাউগনবী মবোক্লা থেল্লকই —

"তো তো, অচৌবা, ইশুতা মম্-মম্ চাথোক্লে। হয়েংনে, নমানা চাক হেক লোইবগা ইশু ইবেল শুমাংদা নুংশা য়াইদুনা হাওনা চাথোকদৌবনি।"

" ঐদি অবোক্কা চাগনি।" হায়দুনা ৱা ৱা কপশিল্লক্লে। চৈরক্লুদা সনা তোম্বীগী মনমদা পোরিবা অঙাংদুসু তুম্বা কাইরমাল্লে — নঙ্গলদগী চিংথ চিংথ ঙেং ঙেং তৌরক্লে । অঙাং অনীদুনা কপশিল্লকপদুদা সনাতোম্বী জ্ঞান তাশিল্লক্লে।

ফমুংদা চংজগে তৌরুবা অশোনবী মনেম অদু শোল্লি শোল্লি থোরক্লে। সনাতোম্বীদা ওনশিল্লকই —

" ঙশাইনা হায়দুনিনে। ঐনা হায়রিঙৈদা কোক হৌদোক্লম্লদি মসি

থোক্লোইদৌনি ।ঐতা শিগ্রবদি নুংঙাইরনি ।"

খরা শাফনবা হায়রুবা সনাতোম্বীদু হৌজিক অরানবা তারে । তূমিন লৈরে । মনমগী অঙাংদু থেম্লবা হোৎনগ্রে ।

মনেমদু সনাতোম্বীদা কুইনা ওনশিল্লমদ্রে । মশু থেম্লকই —

" ইশুদনি, অবোক্লা নুংশিবা । ইশুগীদি হয়েং চাউরগা তিং-তিং তোংহনগনি । শগোল অচৌবা অমসু লৈবীগনি ............... ।"

কান্নদে । অঙাংদু নিংঙাই তোক্তে ।

তাল্লক অদুদা সনাতোম্বীগী মপুরোইবা অদু মখুৎতা শরেং অমা য়াল্লদুনা চঙলক্লে ।

মখোঙদু চুম্লা থাংলক্তে । মশা তোলহাইনৈ । অঙাং অনী অদুনা ব্রা ব্রা কপ্লম্বদুদা শাওনিংলমাল্লে, খোঞ্জেল ফাইরি ফাইরি লাওরকই —

" কপসু কপগ্রেদা ! মমা য়োং মানবীগী মচাশিংশে ! মমা ফত্তবীগী মচানিনা ........ "

মখা তারকপা ব্রাহে খরা অদু তারুবদগী মমা অশোনবীদু ফমুংদা অদুম চঙগ্রে। অদুবু লাওরম্মী —

"নুপামচা নও উশিংত্রেনেকো ! ঐনা পাঙ্গলশি খরা লৈরম্লবদি নও খংগদবনি ........!"

সনাতোম্বীগী মকুবোক্তু ফমুংদগী খৌদেমলকই

মপাগী মচিং খঙবা মচা অচৌবদু কপ্পা খংতোক তোকখ্রে। চালুক মপান্দা ফমখ্রে।

সনাতোম্বীগী মনমদা লৈরিবা অপিকপা অঙাং অদুমদি ঙেং ঙেং ঙংবা তোক্তে। সনাতোম্বীদু উপাই লৈত্রমাল্লে, শেগাদা ওন্থদুনা খোম পীথকখ্রে।

ফুঙ্গা মনাক্তা শরেংদু পদ্রাক থাদরদুনা মপুরোইবদুনা হুকুম তৌরকই —

" শরেংশে হৌজিকমক থোংঙু। হয়েং ঙারেল চাগে।"

সনাতোম্বী শিনিংবা হায়বদু য়ৌরে। শেগাদা ওন্থদুনা খোম পীথকপদগী অঙাংদু কপ্পা ফখিবতা মঙাইরি। খজিক্তং লেংলুবদা অমুক কপ্লক্কদৌরিবনি।

থোংগদৌরিবা শিংদাদুগা, সনাতোম্বী খোং খুৎ শৎ তিংথোক্তুনা ও-খোংনা কপনিংলকই।

অদুবু উপাই লৈতে। মপুরোইবগী মতীং খঙবী সনাতোম্বীনি। ঙা অসি মশা তেক্লি, হয়েং অয়ুক থোংলশি হায়রুবদা, লুখাক কোমদা হুন্থগে হায়রক্কনি। ঙাদু থোংবা নত্তনা সনাতোম্বী উপাই লৈতে। হয়েংগী ঙারেল চাবতা নত্তে, হৌজিকসু চাগে হায়রক্কদৌরিবনি।

মপুরোইবদুনা ফত্রিবসু মহানি। ঙাদু ঙহাক্তা শেম্বীবা নত্তে। চবেং চবেং অদুম ঙাঙদুনা লৈ। মনমদি মনাক্তা লৈবা য়াদ্রে। ঙাঙলিবা ব্রাদুসু হঞ্জিল হঞ্জিল ঙাঙবা ঙাক্তনি।

ব্রাজরিবশি সনাতোম্বী মতোমতনি।

তুম্ন-হিপ্না মতম লাক্লবা, নিংথম থাগী ঈংলবা মতম্না ফৈজুপ মনুংদগী

অশৌবা ঈশিং

ঙাইহাক্তা মচি লেংনিংদ্রবা মতম অদুদা সনাতোম্বী, নিংঙাই চাউরবা অঙাংশিং অদুগী অন্নাবা মরক অদুদা, অনম কল্লবা মপুরোইবগী ঙা ওম্থোক্লা ন্নানা হোৎনরগা থোংদুনা চাক শীজপ্রে ।

চবেং চবেং ঙাংলম্বা মপুরোইবদু চাথোক্লগা ফমুং চঙপ্রে । মচা অচৌবদুমদি মপা কিবদগী চাক হেক তোকপগা ফমুংদা পাইশিনখ্রবনি । নিংঙাই তৌবগী, নোংমা নিংথম থাগী নুমিদাংদা মপানা ঈশিং অইংবনা ইরুজবিখিবা অদু মহাক হৌজিক ফাওবা কাউদ্রি ।

মতমদু থেংলে । মখোঙ মখুৎ হামজগে হায়দুনা সনাতোম্বীনা লুমজবা ফুঙ্গাগী ঈশিং অদুসু ব্রোং ব্রোং শৌরে ।

পূম্নমক চাক চানখ্রবদুদা, সনাতোম্বীসু খরা কোৎথোক্লুনা চারে । পূম্নমক ফৈজুপ মনুংগী ফোং ফোং শাবা অদুগী মরুম থুপ্নখ্রে । লৈহৌরিবা অসি সনাতোম্বীগা মনমদা পোরিবা অঙাং অদুগতা ঙাইহৌরে ।

ঙসাইমখৈ ঙংলম্বা মনমগী অঙাং অদুসু ন্নারমাল্লে, তুমথখ্রে । সনাতোম্বী মতোমতা ইচিক চিক্লে ।

তাঞ্জা অসিদা মখোঙ মখুৎ তরং তরং অমুক্তদি হামদোকচগে খল্লদুনা অঙাংদু ফমুংদা শুম্বা চঙলক্লে । অদুবু নিংথম থাগী অইংবা ফমুংদুগা শন্নবদা অঙাং অদু মিৎকপ থোরক্লে । অমুক ঙংবা হৌরক্লে ।

সনাতোম্বী উপাই লৈতে । অঙাংদু শুন্নমদবা য়াদে । ঙাইহাক লৌবীনিংঙাই কনা লৈতে । ফমুংদা ঙাইহাক হিপথদুনা অঙাংদু শুম্বা হোৎনরে ।

ফৈজুপ মনুং অদুদা অইংবগী শরুক চৎখ্রে । লুম্বু লুম্বু শাবা ফাওরক্লে । অঙাং অদু ঙেং ঙেং তৌরম্বদগী মমাগী খোম থক্লা থক্লা তুমথরক্লে ।

সনাতোম্বীগী হকচাংদসু অশাবগী ঈনিল ফাওরক্লে। ঙসাই অয়ুক নোং ফুং ঙানবদগী কোইচেন চেন্দুনা কুপনোম নোমখিবদুদা সনাতোম্বী অৱাবা খঙলমদে। চোকথবা লৈরমদে। অদুবু ফৈজুপ মনুংগী লুম্বু লুম্বু শাবা ফাওরক্কবা অদুদদি মশা থিন্দোরক্লে। ঙসাই মখৈ চৈনা য়ৈদুনা মথৌ তৌহল্লুবা হকচাংগী ইন্দ্রিয় পুম্নমক তপ্না তপ্না তেথরক্লে। মচি লেংনিংলক্লে। ইন্দ্রিশিং অদুনা মথৌ তৌনিংলক্কবা অদুদদি সনাতোম্বী অদু অঙাং শুম্না শুম্না মমিৎ উইশিল্লক্লে। তুমথবা হৌরক্লে।

সনাতোম্বীদু অমুক অনিরক্তি হৌগৎকে লাক্লরুই। ৱাখলনা হৌগৎলবোই নিংঙি। মখোং মখুৎ হাল্লবোই নিংঙি। অদুবু মমিৎ অনীদু অমুক অনীরক খবেং খবেং চিংলুরগা ঙমদ্রমাল্লে, অদুম নিংঙাইদনা তুমথখ্রে।

ফুঙ্গাদা, য়োংশবী মথক্তা সনাতোম্বীনা লুমজরম্বা ঈশিং অদু ব্রোং ব্রোং শৌদুনা অদুম্মক লৈহৌরে।

ইম্ফাল জেল

তাং ২৮।১।৭২ ইং

# ঙরাংসু ঙসিসু হয়েংসু

"মেন্মশিনা মমিং করি কৌবা ? "

চুং ফিরাল চারবা জয়মালাগী শবাল অদু য়েংলগা মক্তি য়োৎথরদুনা এস দি সি সাহেব অদুনা হংলকই ।

" চোইমালা হায়ব্রা, জয়মালা হায়ব্রা করিনো খংজদেদা হৌজিক কালগী ইশুগুন্দা (স্কুলদা) মিং হোংদোকপী অদুদা । য়ুমদবুদি অহনবী কৌই , মানা অহলনি হায়দুনা ।"

— অহনবী মমানা খুমখি ।

"অহনবী হায়বশিসু ইপা ইপুগী ফজবা মিংনিদা । মিংনা মীদু কনানো অদুম তাকচৈ । অদুবু হৌজিক কালগী নহারোলশিংনা মীরোলগী অনৌবা মিং পাম্বশিসু অনৌবা ফেসন অমনি ।" — এস দি সি সাহেব অদুনা অহনবী'মাবু পুক্লিং থৌগৎলি ।

"জয়মালা, ইমানা পাম্বা মিংশিনা খরদি ফৈনেকো।"

কান্নদবদা, আর্থ য়াওদবদা সাহেবতুনা হংজিল্লকই।

এস দি সি সাহেব অদুনা পাম্বদি মিংগী অপাম পামদা খনবা অদু নত্তে; ব্রারি শাবনি।অহনবীবু ওইরবসু,জয়মালাবু ওইরবসু মিংগীদি ওইনিংবা ওইবা য়াই। মানা পাম্লিবদি লৈশাবীদুনা ব্রা ঙাংলকপদুনি। মঙোন্দা নকশিন্নবা হোৎনবনি। ঙরাংদু কাবক কাবক থেংনশ্রবনি। ব্রা-লান ঙাংনখিদে। শক মখৈতা উন্নখিবনি।

শক চংখোনবগী মতীক জয়মালাসু পোংদানৈ। ব্রাহৈ ঙম্মী। কেথোক্ল য়োক্লকপগী ওইরম্বসু য়াই। মশক থিবা পাখংনা লক্লরকপা য়াদে। পাখংদু খোষ্থি অমদি চারগদবনি। করিগুম্বা মতমদদি পাখংগা চিন্দা পাওদানদুনা খংনবা য়াওরিবনি।

ঙসিগী এস দি সি সাহেবতুগী ব্রাতাদু পিং লাওবা পোকই। খুল্লকই —

" ঐখোইদি থাইনগী মিঙ্গৌশি খিরে। চাউখৎতবা মাল্লি।"

ময়ুম্মক নৎলমদ্রবদি জয়মালাদু অতৈ মখা খরা তারম্বা য়াবনি। অদুবু তারকখিদ্রে।

মচাগী মগুন খঙবী মমাদু স্বাই লাওই। মখা তারক্কদবোই নিংঙি। মরক থৎলকই —

"চাউখৎলেনে নোইদি! নমিৎ নমাই পংয়েক য়েকশিল্লদনা! চাউখৎলিনেইনে, বেভ্যারসু য়াওদে।"

"চাউখৎলি ঐখোয়দি ! বেভ্যার হায়বদুদি থাইনা নিংথৌ পাল্লিবৈঙেগী ৱানি ।"

জয়মালা চীন পেন্না খুন্নকই ।

"থিদা মসি অঙাংশিদি ।" — মমানা চৈহৎলকই ।

মমা মচাগী ৱাহৈগী লান মতেক্তু এস দি সি সাহেবতুদা হায়ফেৎ নুংঙাইনা থোকই । ৱাতেমলকই —

" অহলনা হৌখিববু নুংশি, নহানা লাক্কদবগীদমক খোইরাংঙি হায়বদুনি ইন্দোল ।"

এস দি সি সাহেবকি ৱাশি জয়মালাগী নাকোংদা চঙদে । ময়াম্না মঙোন্দা অহনবী কৌরকপসি মহাক শুকপাম পামদে । পীক্লিবৈঙদগী কৌবগী চেনবা য়াদবগী ৱানি । কনাগুম্বনকা " অহনবী " কৌরক্লবদি মহাক পৈবা শোইদে । মমান্নবীকা ওইরগনা, মমান্নবীদু কিল অমা চাবা শোইদে ।

শয়াম থেংনরক্লবা এস দি সি সাহেবনি । 'ইবোতোন অপাইবী ' হায়না ফাওরীবনি । কনাগুম্বনা মিৎনা খজিক্তং য়েংখিবদা মহাক্লা মদুগী অর্থ খঙবনা হাল্লি । নীংখিবা অমা থবক ওইনা পাঙথোকপা ঙম্বশিসু মাগী মগুননি । লুদা লুরবা থবক্তি দি সি সাহেবনা মঙোন্দা শিন্নে । মদুগুম্বা নুপা অদুনা ঙসিগী ৱাথোকশি লোইশিন্নবা হোৎনবা অরুবা নত্তে । হায়রকই —

" জয়মালা হায়বসিসু ফজখ্রবা মিংনি । অদুবু শক ফজদ্রবদি মিং ফজবা ঙাক্লা চৎনদে । ইচলগীদি শকসু ফজৈ । মিংসু ফজৈ ।"

থাগৎলকপশিদা জয়মালাদু হরাওবদি পোক্তে । অদুমকপু চৈবদি নত্তবনিনা

শাওনিংবদি পোক্তে। অহনবী'মাদি হ্রাওই। মচা মশক ফজৈ থাগৎলকপদা শাওগদবা মমা মপা লৈতে।

এস দি সি সাহেবতুনা খল্লি —

" ওঙ্গোক্লা দ্রাই ওইথ্রবা ব্রাফম অমদা মতম ইমাঙ মাঙহল্লে। ঐনা কদাইদগী হৌদোক্লুবনো।"

অদুবু মহাক নুংদি নুঙাই। মরমদি জয়মালাদু ব্রা ঙাংলে। মহাক্লা পাম্বসু জয়মালানা ব্রা ঙাং বনি। হংজিল্লকই —

" জয়মালা নঙদি লাইরিকশি স্বাইদা তম্ব্রা ? আঃ ইম্ফালদা তম্ব্রা ?"

"স্বাইদা তম্মী। হৈনবা তম্বা নত্তেদা, লাইগী শোইদনবা তম্বনি।"

"করিগীনো লাইরিকপো, হৈনবা তমগদৌবনি।"

তাঙ্গাদুদা মমানা ব্রাপাংশল্লকই —

" হৈরবনি ইবুঙো হৈরবনি। নুমিদাংশিদা ইথ্রিবশি — কুপশিৎ কুপশিৎ কুপ্পশিংনা, অঃ নোংয়াই ইতু য়ৌবা ফাওবা।"

জয়মালাদু শাওরকই —

" ইমা নঙ — !"

" ময়েক অকুপ্পসু ইদৌনি। অপৌবসু ইদৌনি। লোইনা ঙম্মবা হোৎনদৌনি। মদুনিদনা লাইরিক হৈবা হায়বদো।" — এস দি সি সাহেবতুনা

জয়মালাবু থেজিল্লকই । মখা অমুক তাথরকই —

" ক্লাস কয়াদি তমলে ?"

জয়মালাদু খুন্নক্তে । পৈথোকখি । মীরাল অমনা ক্লাস হংবদা মা পাক খুমগন্দে । মরম লৈ । মশানা চাউবা হেনখ্রে । ক্লাসনা নেমহৌরে । তৌবগীদি কা হেন্না নেমহৌবদি নত্তে । খরা লীনা লাইরিক তম্বা হৌবা, মপোপ মতাং ফদুনা চাউরৈ খরা কনবগা মপা মপা ওইনখিবনি । অদুবু খুঙ্গংদুগী মমান্নবীশিংগা য়েংনরুরবদি মাগী ক্লাসতু থোইনা নেম্বদি নত্তে ।

জয়মালানা খুন্নক্রুবদুদা মমানা ওক্কুনা খুম্মী —

" ওল্লকপা চহিদা মেট্রিক হায়দু থাদৌনি হায় । ঙমগদৌরিব্রারা, ঙল্লোইদৌরি ব্রারা ভাব তাদে ।"

" ঙল্লোইদা" — জয়মালানা হায়রকই ।

" কৈদৌ'ঙমদনেগে । হৌজিক কালগী মেট্রিকপো । লাইশ্রপোৎনি । ঐ তৌবীগে ।"

এস দি সি সাহেবতুনা ইরাই হেক লাইনা হায়দো ব্রাদু রকপা তারগা অহনবী মমা মচাদু ইঙক ঙকই । থাজবসু ঙমদে । থাজদবসু ঙমদে । খুঙ্গংদুদা মেট্রিক পাস তৌবা মী য়ামদে । নুপীদি অমত্তবু লৈত্রি । নুপাদসু বি এ পাস তৌবা অমত্তা লৈত্রি । বি এ ফাইনেল ইয়ার তম্বা অমদি লৈরে । করিগুম্বা জয়মালানা মেট্রিক পাস তৌবা ঙল্লবদি নুপীদা মহাক্লা ইহান হানবা ওইবা য়ারিবনি । হন্দক নুপী অনীখক টেন তম্বদুসু টেষ্টতা ফেল ওইহৌরে । জয়মালাগী ক্লাসতা মখোয় নুপী মরিখক তম্মিন্নে । লোইনা লাইরিক ফত্তে । জয়মালানবু খরা ফবোই নিংঙি ।

এস দি সি সাহেবতুনা ফনমক কোম্না ঙাং-শক্লবসু, অহনবী মমা মচাদদি মেত্রিক হায়বশি লাই লৈবমুক লুনা লৌরিবনি ।

সাহেবতুনা অমুক্কসু মখা তাশিল্লকই —

"অসাম সেকেন্দরি বোর্দতা, ছাত্র অমা হায় স্কুল লিভিং পাস তৌহনবা হায়বশি ঐঙোন্দদি তুরেল মচা অমগী উরোকথোং লানবগুম্বতনি । গৌহাতিদা ঐগী মরুপ মোহন কালিতা লৈ । বোর্দকি একজামিনেসন কন্ট্রোল্লরনি । মনিপুর সেক্সন পুবা তেবুলেতর অনীদুসু ঐগী মরুপনি । কালিতা বাবুগী খুৎচাবীনি । মখোয় লোইনা ঐগী কোতন কলেজগী মরুপ ঙাক্তনি । ফাইনেল মতুংদা গৌহাতি ফাওবতং চৎথোক্লুরগা লোইরে । ইকোম কোম্মী । গৌহাতি চৎপসু ওফিসিয়েল তুর য়ানবা মরম লৈ, লনাই শেল তিংলোই ।"

এস দি সি সাহেব অদুনা হায়রিবা ময়াম অদু অহনবী মমা মচা করিমত্তা ভাব তাদে । অনাবদা মাইবনা মন্ত্র শোনবগা চপ মান্নে । মমা মচানা জ্ঞান তাদ্রিঙৈদুদা সাহেব অদুনা অমুক্কসু শমথরকই —

"ফাইনেলদুসু অফবা সেন্তর অমদা তাহন্নবা হোৎননি । ইম্ফাল সেন্তরগী একজামিনেসন ওফিসার-ইন-চার্জ তত্তনা ওইরিবশিংশি ঐগী মরুপ ঙাক্তনি । সেন্তর শিন্দোক শিনজিন্দা ঐ য়াওরগা লোইরে । ঐগী খুৎচাবী স্কুল খরা লৈ । মদুদা পরিক্ষা মফম তাহন্নি । মখোয়না ফের তৌ' য়াপোৎতে । লমগী মতাংদা ঐনা পাটতা পীখিবা হেদ মাষ্টর, ওঝা য়ামথ্রপোৎনি । অদুবু ইবেম্মনা মিৎ-না খরা শিংব'মদি চংঙি ।"

মমানা খুম্লকই —

"ইবুংঙো সাহেবনা হায়রিবশিংদু ঐখোইদি অমত্তা খঙদে । মংগুম্বনি ।

খঙদে, নচলশিদদি পাস হায়বদু তৌদি তৌহন্নিংঙিদো । অদুবু শেলকাদি কমদৌবা ?"

"খরদি চঙনি ।" — সাহেবতুনা শম্না খুম্মি ।

" কয়াগাদি ওইদগে ? ঐখোয়বু পুথোকঙমদা তোক্লদ্রমি ।"

" কয়া য়াম্নবু চঙগবনো । ফৌ ফৌবোৎ অনী অহুমগী ৱানি । ৱাংলগা ঐনা মেনখৎপসু য়াই । .................... হেরা ইচলগীবু ! ঐনা লোইনা হোৎননি । " — সাহেবতুনা ৱা লাইথোকহল্লি ।

"ফৌবোৎ অনী অহুমদুদি ঐখোয়সু ঙম্মিদা" — অহনবী'মমাদু থৌনা ফরকই ।

শেলদু হায়নরিবশিংশিনা ওক্কদবা নত্তে । এস দি সি সাহেব অদুনা হিসাব লোইনা খংঙি । হান্না কয়ারক তৌত্রবা করবারনি । অয়াবা মফমদগী য়াম্না লৌথোকই । দরকার লৈবা মফমদনা মানা শেল থংদোকই । মসি মাগী পুন্সিগী করবারনি । থবক অতৈদসুনি । লৌবদা জোম জোম । খরচ তৌবদসু জোম জোম । মগুন খঙবশিংনা হায়নরিবনি — "ইবোতোন অপাইবীগী কলেজা !"

এস দি সি সাহেবতুগী ৱাদুদা জয়মালাদু থাজবা ইঙম ঙমদে । অদুগা থাজদবসু ঙমদে । থাজবগা থাজদবগা অনীগী চয়েৎনবা লৈরগসু সাহেবতুগী ৱাদুদা মাগী পুক্নিংদি অসুম অসুম মতোমতা নকশিনবা হৌখি ।

করিগীনো খঙদে, মহাক এস দি সি সাহেবতুগী মাইথোংদু নীংথিনা অমুক্তং য়েংনিংবগী ৱাখল ফাওরকই । এস দি সি সাহেবতুগী অপাকপা তবং তবংবা মাইদুদা মুন্না য়েংলকই । হান্নদি থোইনা থৌশারুদবনি, থৌশাগে হায়নসু খল্লুদে । অদুবু হৌজিক্তি পুক্কংবা এস দি সিদু কুপ্পা অসুম অসুম য়েংলুরগা রাশি

লৈবগুম  তৌরকই। কুচুদুসু পাল্লকই মমিৎতুসু রাশি লৈরকই। মচিন্নালদু মওং তানা ইৎতুনা শাবগুম তৌবকই, ক্বা চামনবদগী চুশিল্লবা ময়া অদু ফাওবা লংত্রিক লংত্রিক লংনা উবকই । ব্রাখল হোংবগী মতিক পোৎকি শক্তমসু হোংব্রা ?

জয়মালানা মঙোন্দা কুপ্পা হু হুদুনা য়েংলি হায়বদু এস দি সি সাহেবতুদি খঙলমদে । লৈথোক্তুনা হঙ্গৎনা  য়েংলুবদা জয়মালাগী মিৎকা থেঙ্গাইনরম্মী । জয়মালাদু চেকশিন্না  খজিক্তং নোকখি । মমিৎ নাম্মা উইশিল্লগা হাইফেৎতং শুগৎলকখি । ঙসাইমখৈ চেং ফৌমাল খল্লিবা মমাদুদি কুম্মৈ অদু উদে ।

এস দি সি সাহেবতু, নেক তাই শেমজিল্লি । তিল শাংনা অমুক্কসু য়োৎথখি ।

তাঞ্জাদুদা অথাপ্পদা মাইক খোংবা মখোল তারকই ।

মথৌ পুথোক্লিবা এস দি সি সাহেবতুনা  হংলকই —

" করিগী মাইকনো খোংলিসিদি ?"

"লীলাগীনি । হোরেল নুমিদাংদা লীলা তৌনেয়ে । ঙন্নসু হৌরোইদৌনি । নোংয়াইদগী হৌনি । তনবু তল্লি ।" — অহনবী মমানা খুম্মী ।

"করিনো হায়বিশিবু । চৎতা য়াদজাৎলা ?" — এস দি সি সাহেবতুনা হংঙি ।

"চৎতা য়াদেয়ে । হয়েং লুহোংবগীনি । অহনবী মমান্নবীনি । লাপসু লাপস্ত্রে । আঃ মখা খুন্দোলদনি । ঙরাং নুমিদাংসু হৈজিংপোৎকি কবোক চাবা চৎলি । হল্লকপদা ইশাশি তপ তাই । নোই খুরাদুদি ঙরাংদগী লুহোংভমদা

লৈখিবদগী হল্লক্তি । ফৈবু ফৈখ্রবা করিনো ।" — অহনবী'মানা খুম্মী ।

"তুবু তুরম্মনি ।" — জয়মালানা তেংবাংলকই ।

"জয়মালা নঙসু চৎতোইনিনে ? " — সাহেবতুনা হংলকই ।

জয়মালাদু নোকমী নোকমী তৌই । খুমদি খুমদে । সাহেবতুসু আর্থ অদুম খংঙি ।

" চৎতা য়াদবনিনে । শিংলুপকি থবকনি । হয়েংদগীদি মপাম থাদোকখ্রদৌনি । হৌমিন্নরকপী ময়ামদু পূন্না ফম্মিন্নরগা কুম্মৈ য়েংমিন্নদোইনি । ...... কনানা খঙনি ময়ুম পানখ্রবদি লীলা ফালা য়েংবা অমুক ফংদবসু য়াই ।"— অহনবী মমানা খুম্মী ।

" মসিসু খুঙ্গংগী ফজরবা ব্রাখল্লোন অমনি । ব্রাখলশি চুম্বসু য়াই । ফত্তবা নুপা, চেকশিনবা মনেম মকু থেংনরুরবদি, মৌগী পুন্সি অমনা লীলা ফালা হায়বদু অমুক মহাও তংখিদবসু য়াই । চনু নিংঙোল অমা ওইবগী অরোইবা নুমিৎতুদা, হৌমিন্নরকপী মতারোইশিংগা খোইদানা কুম্মৈ অমা য়েংমিন্নবা হায়বশিসু নুংশিখ্রবা ব্রানি ।"

এস দি সি সাহেবতুনা ব্রাখল তৌখি । অদুদগীদি জয়মালাদা ওনশিল্লদুনা হায়রকই —

" ঙসি লীলা য়েংবা চৎপগীদি ব্রারুরনুদা । ঐগী গাড়িদা চৎলো । ঐগী থবকসু লোইদ্রি । নোংমা নিনি চঙখিনি । ঙসিসিমসি য়ুমদা হন্দ্রবা হায়দুনি । প্রধানগীদা পোৎথারগে ।"

অহনবী মমা মচাদু থাজদনা হরাওই । অদুবু মচিন্দদি মমানা হায়রকই ·

"এ: কদাইদৈনোদা ! ইবুংঙোগী গাড়িবু ঐখোয়না করম হেক তোংদুনা চৎকদগে ?"

" তোংঙগা চৎতৌ নত্তেদা, গাড়ি মনুংদা ফমফমদা ফমগদৌনি । দ্রইভরনা থৌজগদৌবনি । য়ৌরগা কুমথবীরগা লোইরে । হল্লকপদা অমুক্কা ফম্মক্কদৌবনি ।" — সাহেবতুনা ফাগী তৌরকই ।

অহনবী মমা মচাদু নোকই । ময়ুমদা গৌড়চন্দ্র লেংশিনবীরক্লবোই নিংঙি ।

এস দি সি সাহেবতুগী তবং তবংবা মানবা খুৎ অদু কোটকি নাকলগী ফুরিৎখাওদা হুমজিনখি । পানামা উপু অমা পুথোকরই । উপুদু ইপাক পাকশিল্লে । মমাইদদুদা খুদোম্বীনা থিংজিল্লগা মনুংদা ওৎতুনা য়েংবদা মচৈ অমথক থেংনৈ । লৌথোরকই ।

"ইহে ! চুরুতসু মচৈ অমত্তা ঙাইরমাল্লে । সে, ইন্দোল ফানবীয়ু ।" অহনবী মমাদা লানশিল্লি ।

"ইবুংঙো ঐখোয়দি সাহেবখোইগী চুরুপ অহাওবকাদু হৈনজপোৎতে । হিদাক্লা ফৈ । ইবুংঙোদুম ফানবীয়ু ।" — অহনবী'মানা খুম্মী ।

"স্বাইশিবু অনকপদা দুকান লৈব্রা ? অঙাংকাসু লৈরোইকো !" — সাহেবতুনা হংলকই ।

"মনিংশিদা লুকমাই ফম্বী অমদি লৈ । করিগীনো, চুরুপ লৈবগীরা ? নন্দোল হেক লৈরুগে । ঐখোয়শে অঙাং তাংঙি । মৌপব্রা অমা লৈবদো ইশুগুন্দগী হল্লক্রি ।" — অহনবী'মানা তাপ ওকলক্লই ।

"শে অদুদি, ব্রারৌবীবা য়াদ্রে, পানামা উপু অমত্তুনি

কে ।টকি মনুং ফুরিংখাওদা হুমজিল্লগা নোট ময়াম অমা পুথোরকই । মদুগী মরক্তুগী মঙা চৎপী অমা শৎলগা অহনবী'মাদা পী ।

"নহোয়গী 'পানামান' হায়দুবু কয়া পীগেনে" — অহনবী'মানা হংঙি ।

ইম্ফালদদি উপুদা লুপা পীবনি । স্বাইদদি শিকি মঙাকা পীরিদ্রা ? পীনিংবা পীশনু । লৈদা লৈরকউ । জয়মালাগীসু হাওগদবা অচাপোৎ খরা য়াওবীরকউ । — এস দি সি সাহেবতুনা খুম্মী ।

"মাগীদি শিংজু মঙাই ।" — মমানা হায় ।

" মদুনবু ফৈনে । ঐসু পাম্মী, মিৎ শিংনবা"

— এস দি সিদুনা ওকশিনখি ।

জয়মালাদু, লৈবীরক্কনু হায়নিংবনি । অদুবু লক্কক থয়াইনরিঙৈদা, পৈশা পুদুনা মমা চৎখিবনা হানখ্রে ।

মখোয় অনীতা ঙাইরবদুদা এস দি সি সাহেবতু ব্লাই ইশং শংবোই নিংঙি । অদুগা জয়মলানা মশাদু ব্লাই ইচিন চিনবোই নিংই । ফুম্বুংনৈ । ব্লাখল ইথোক থোক্তে ।

ঙাইহাক্তা তুমিন্না লৈবা হৈনবা সাহেব নত্তে । ব্লারি হৌরকই —

"জয়মালা, মেট্রিক পাস তৌরদি কলেজ কাদৌনি । কলেজ কারদি স্বাইদা লৈবা য়ারোই । আঃ ইম্ফালদা লৈদৌনি । অস ! কলেজ তম্বকাইদু নুংঙাইবনিকো ? পংকোইদা কোইবা য়াবনি । ছুতিনা মহানি ।"

সাহেবতুগী ব্রাদুদা, থাজদা থাজদনা জয়মলাদু কলেজ কাবগী লম্বীদা ব্রাখলগী খোঙ থাংজিনবা হৌরকই । মশাদু তয়াং তশোইরকই । কলেজ কানিংলকই । মানা কলেজ কারবদা, মাগী মমা মপানা খুঙ্গংশিদা ফম্ফম অমা ফংলক্কদবগী ব্রাখলদু তৌবা হৌরকই । ইম্ফালদা ওংবী মনেগী মচা নুপীনা হাকুম মেত্রিক পাস তৌখিবদা মহৈ মহৈ পুল্লাং লাওনখিবদু নিংশিংলকই ।

জয়মালাদু ব্রাখলদা তাওরে হায়বদু সাহেবতুনা কোম্না খংঙি । মখা তাথরকই —

" হৌজিকশি দিসেম্বরনিদনা । হন্দক্কি য়াওশংশি নত্তবা, মথংগী য়াওশঙদো, মদুগী হেক মতুংদদি মেত্রিক পারিক্ষা তৌরদৌনি । চহি অমা থা মরিরোমতা ঙাইরে । অদুদগীদি কাং চিংবগী অদুব্রাইদা পরিক্ষা হায়দোরক্লগা, কৃষ্ণ জন্মা অদুব্রাইদা কলেজ কারদৌনি । কলেজ কারবা হায়বশি পুন্সিগী পল অমা লাল্লবনি । সমাজদা ফিদা অমা ফংলবনি ।"

জয়মালা নোক্লকই । হায়রকই —

" অস ! কলেজদু কাদা কাদৌ মাল্লে ।"

" থাজদমালেনে । হয়েং খোংলগা খঙনি ।"

জয়মালাদু শুংথা থাজরোই হায়বা অসিমদি মঙমদ্রে । অদুবু চিংনবদি করিগী খরা লৈরোই ।

" নঙ লাইরিক পাবদি লেপ্পা য়াদে । পাগদবনি । য়াম্না ইগদবনি । পরিক্ষাদা শিল্লুরো হায়না থাদোক্লগা শিনবা ফাওবা হৈতবসু ময়াওরি । কুম অমদি কয়া ব্রানখ্রে; শিনবা হৈতদুনা ।" — সাহেবতুনা মখা তারকই ।

"অদু ফাওবদি তৌরোইদা " — জয়মালানা মশাগী নাপল উৎলকই ।

"অদু ঙম্ল' লোইরে । ৱানিংঙাই করিমত্তা লৈতে ।" — সাহেবতুনা ৱা শমজিল্লকই ।

জয়মালাদু সাহেবতুগী মনাক্তা মোড়া অমদা মঙ্গোলগী য়েৎথংবা উখোক্তেন্দা ঙাথদুনা ফম্বনি ।

ৱারি ঙহাক লক্কক তৌরিঁঙেদা জয়মালাদু হৌগৎখি । শুমাং মতোললোমদা থোকখি । পোলাংখোক্তা ফৌবা অকংবা ফি লৌশিল্লুই । ইমুংদা থমজিল্লুই ।

জয়মালানা শুমাংদা থোকখিবা, হঞ্জিল্লকপা, ইমুংদা চংখিবা পুম্নমকশিদা, এস দি সি সাহেবতুনা জয়মালাগী তুংগী শবাল, মাঙগী শবাল, নাকচে পকি, পুম্নমক অমত্তা চিৎথদনা অমমমতা ওইনা মচা খাইনা য়েংহৌই । খোঙগী খোঙবীদু খোঙশা অতৈরোমদা খরা পৈশিল্লি; খোংগী খুজিল খুকক অদু থা মচেৎ শানা চেকশিন খোমজিন্না ককপা ৱাংলি । পুম্নমকশি লোইনা উহৌই ।

জয়মালাদু ইমুংদগী থোরক্লগা সাহেবতুগী মনাক্তা অমুক ফমলৈ । ৱারী লৈত্রমাল্লে, ঙাইহাক ৱা ঙাংনদে । ফল্লপ ফল্লপ য়েংদি য়েংনৈ ।

তুমিন্না লৈবা হৈনদবা সাহেবতু চিংঙৈনা জয়মালাগী ওইগী খুৎনিংথৌদা শিরিবা সনা খুদোপ্পু উরকই । খুদোং চাবা ফংলমাল্লে, হংজিল্লকই —

" য়াম্না ফজবা খুদোপনি । সন কয়াগীনো ?"

" ফজপোৎতেদা । কদাই' সনানো, অরুপ্পনি ।" — জয়মালানা খুম্মী ।

সনাদি ঐঙোন্দা মীনম্বা য়ারোই । য়েংদা য়েংবদা, সন কয়ানো, চং নিং

কয়ানো, শোইদনা হায়বা ঙমগনি ।" — সাহেবতুনা হায়রকই ।

" অদুগা করিগী হংলিবা ?"

"নুংঙাইবদো ।"

" ই - ই ! " — জয়মালাদু শুগৎলকই ।

" অদুদি হায়রগেশে !"

এস দি সি সাহেবতুনা জয়মালাগী মখুৎতু চিংশিল্লগা মতম্বাক্তা থম্মী । খুদোপ্পুদা ওন্না - ওন্না য়েংঙি । হায়রকই —

" নঙগীশি সন অনীগা চংনীং তরুক্তগীদি হেল্লল্লোই ।"

জয়মালাদু মমাই ঙাংশিল্লি । মখুৎতু চিংথোকপা লাক্লে । অদুবু ঙমদে । সাহেবতুনা কন্না পাইশিনখিবরা, মানা ইচিং চিংথোক্তবরা অমদি তৌরে ।

সাহেবতুনা মসিমদি খঙলে — জয়মালাগী মখুৎতু মানা নিঙলম্বমক থোৎপদি নত্তে । অদুগা মসিমসু খঙলে — জয়মালাদু মঙোন্দগী নাম্থোক্করোই ।

সাহেবতুনা জয়মালাগী মখুৎতু হেন্না চেৎনা পাইশিনখি ।

য়েন্নখাদগী হুই ঙংলকই ।

" শে থাদোকউ, ইমা লাক্লে ।"

জয়মালা পাখৎলকই। মখুৎ খংশৎ শৎতোকখি। থোঙ্গাললোমদা য়িংঙি।

শুমাং মতোলদা থৎলিবা শম্বল মতেক্তুনা খজিনখিবদগী থোঙ্গালদা চংলকপা মী পাক উবা ঙমদে । থোঙ্গাল লোমদগী চঙশিল্লকপা মীশিংনসু মাঙ্গোলদা ফম্বশিংবু উদে।

মী অমা চঙশিলকপগী শউম ফংঙি ।

জয়মালাদু মমা ওইরবোই নীংলুবনি । ওইরমদ্রে । শকখংদবা নিপা অমা ওইরম্মী। মীরালদু উবদা তিংঙক মাইঙক্লে। মফি শেমজিল্লি।

এস দি সি সাহেবতুনা লেঙম শাঙমদা মমাইদু লৈথোক্লগা হায়রকই —

" করি তৌরে য়াইমা ? লোইনরব্রা ?"

" সাবল লৈকাইগী পুম্লোই লোইরে স্যার । ফৌ বোরা ৬০০ লোম ফংলে । শেল থিনখ্রে। ফৌ পুখৎনবা গাড়ি শেম শাহৌরে।"

— চঙশিল্লক্লিবা নিপাদুনা খুম্মী । ঙাইহাক লক্কক তৌরুরগা মখা তাথরকই —

" হয়েংদৈদি অৱাং লৈকাইগী অমুক হৌরনি। স্বাইসু য়াওরনি। কোৎতগী ফৌ পোকথোকপদুদা, ঙসিদি হনুবী অমা পংকপ্তা কল্লী। মচা নুপা য়ুম্বদু থোরক্লগা ঐখোয়দা পংখুদা খুরুম্মী। য়াম্না লৌবীখিনু হায়। চহিগী চানবদগী পংলেম লেমদবা কয়াসু য়াওরি।

" সরকারগী হুকুমনিনে য়াইমা । চুম নমদ্রবদি সরকারগী গোডাউন্দা কদাইদগী ফৌ চেং লৈগনি। লাক্লিবা চহিশিদা অমুক চাক্তাংবা থোক্লরবদি

কমদৌনি । খংলেদনা হাকুম্মা নোংমৈ কাপ্পখিবদো । ছাত্র ছাত্রি শিনখিবদো । মদু অমুক থোকহন্দনবা চুম নমলিবনি ।”

সাহেবতুনা চিং-লেম্না য়াইমদা খঙহনখি ।

“লেম্না লৌবসু নত্তে স্যার । মমল পীরিবনি । অদুবু ফৌ পীনিংবা ইয়াও য়াওদে ।”

— য়াইমানা খুম্মী ।

“ অদুনবু সরকারনা ঐ থারক্লিবশিনিনে । পীনিংদ্রবসু নমদুনা লৌদবা য়াদবনিনে । অদুনবু চুম নম্বা হায়রিবনিনে ।” — খোল কল্লপ এস দি সি সাহেবতুনা হায় ।

মপু মনাই ঙাঙনরিবদু জয়মালা মুন্না তাই । ব্রাদি ঙাঙদে । থল্লকই —

“ ঐখোইদসু হয়েংদি ফৌ লৌগে হায়রক্লনি । কুমশিদি লৌসু কয়া ফত্তে । চাথ্রগা তঙ্খাইদগী হেন্না লেমদৌবা মান্দে । ঐখোয়দি চাবসু শেৎপসু ফৌদা লোইনা তাইনবনি । কমদৌনি ।”

তাঞ্জাদুদা অহনবী'মাদু চঙলকই । মখুৎতা চুরুত উপুদু পাইরকই । শিংজু ময়োমসু য়াওরকই । চুরুততু সাহেবতুদা পী । শিংজুনা মচা নুপীদা পীশিল্লি হায়রকহ —

“ নখুৎ নশা শেংনা হামদোকউ, নীংথিনা তোৎলু ।”

“ য়াইমা ঙাইখো, ফমখো ব্রা লৈরি ।”

— সাহেবতুনা হুকুম তৌরকই ।

“ নুপী মচা ঙাওইদনা নঙদি । মী লাক্লগা ফিদা থাদবা ।” — মমানা মচা চৈরকই । চৈনা চৈনা ইমুং চংখ্রগা মোড়া পুথোরকই । থারৈ ।

য়াইমানা ফমথবগা সাহেবতুনা হুকুম মখা তারকই —

“য়াইমা, নঙগা ঐগা ঙসিদি য়ুমদা হনবা য়াদ্রে । স্বাইদা লেকহৌবা তারে নঙগী থবক লৈরে ।”

“ তাকপীয়ু স্যার, ইয়া য়াজৈ ।”

খুৎচাবী ড্রাইভর য়াইমনি । মপুগী ঈঙ্গিত খংঙি ।

স্যারনা হুকুম মখা তাথরকই —

“ ইবেম্মশিনে, ইমানে, অতৈ কনা কনানো হোরেল নুমিদাং আ: মখারোমদা লীলা য়েংবা চৎমিন্নরু । ঐদি প্রধানখোইদা লৈরমগে । অহিং তুম্ফমসু ঐ শিল্লমগে । অদুগা হয়েংনে, ফৌ হোন্দোক্লবদা য়ুমশিগীদি য়াওহনগনুকো । মদু নঙগী দায়িনি । হাকুমগী লাঙথেলগী ত্রিক্কু কাউদ্রিদনা ।”

“ অহোই স্যার, খংজরে ।” — য়াইমনা খুম্মী

স্যারগী ব্রাফমদু তাবদা, অহনবী মমা মচাদু পূক্লিং মকা লাম্মী । মখোইদগীদি চুম নমলোইদৌরে ।

সরকারনা ফৌ চুম নম্বশি লেম্না লৌবদি নত্তে । সরকারনা লেপ্পা মমল

অমদা শেল পীরগা লৌরিবনি। অদুবু সরকারদা ফৌ পীনিংদে। মখোইগী দরকার লাক্লবদা, খরা খরা তাইজবনা মখোয়দা কান্নবা হেল্লি। তাইথোকখ্রবা ফৌদি শেল ওল্লে। শেল হায়বশিদি শেলনি। খুৎতা কুইনা থম্বা য়াদে। হেক্তা লোইশিনখি। মদুগীসু মথক্তা হয়েং অতাং থাদা তাইজরগনা মমল খরা কাউবা হেল্লি। মদুগুম্বা খুদোং চাবদু ফংগদৌরে খঙবদা মমা মচাদু হরাওই।

মমানা হায়রকই —

“ ঙসি অহিংদি ইবুংঙো সাহেব ঐখোইদা সুম পোৎথারোদা। অম-অমদা য়েৎলুরনু। লীলাদুসু ঙাইহাক ময়েংলুশি, চিংঙৈনা হল্লকশি। চৎতা য়াদদুনা তৌবনি। ঙসিশিমদি নচনগী খুৎশু মহাও ময়েংঙু।”

সাহেবতু খুম্লক্তে। য়াইমদা হাইফেত্তং য়েংখি। মখা হুকুম তৌরকই —

“ চৎলো য়াইমা। ফৌদু য়ৌহনখ্রো। তাদা অমিনসু, অতৈ ৱার্করসিংদুসু য়াওহনখ্রো। হয়েং ঙস্তা থুংলোলাও হায়যু। অদুগা নঙদি হল্লকখো।”

“ ফনি স্যার ”

“ ইবুঙো নঙসু ঐখোইদা চাক চাদৌনিকো।”

— অহনবী মমানা হায়খি।

য়াইমা থোকখ্রে। থোক্লমদাইদা জয়মালাদা হাইফেৎ য়েংলম্মী।

চৎনা চৎনা য়াইমনা খল্লকই —

“হাকুমগী লাঙথেলদা চুম নম্বা চৎপগী মাথা শাবা লোইশিনখিবতা

ঙরাংসু ঙসিসু হয়েংসু

মঙাইরি। য়ুম কাং-খোং চাই। ইতৈমা মপাম য়ৌরুই। .................. নিংথৌখোংগী মাইবীদু হৈমনবদগী অমদুমসু শম্লদা হিংহৌবনি। কুমশিগীশিনা কমদৌবা ? অদুগা নোংমৈদি ??"

ইম্ফাল

তাং ১১। ১২। ৬৭ ইং

# মোর্নিং ৱাকিং

" হাই নুপী ! অদোমদা চৎখিনুনহে । অস্বাইদা মহা অমা তৌনহৌরবনিনে ! পুলিসও করিও; অমা শিরে হায়ব্রা করিনো - ?"

হনুবীদুনা নুংশা থিনা শ্বর থবেৎ থবেৎ শোরোক ৱাংমদগী লাওরকই ।

হনুবীদুনা লাওরক্লিব্দু থরোঙৌবী নীংথিনা তাই । অদুবু করিমত্তা খুল্লমদে । তাদবগা মান্নে । মাইওন্দুদা চিংনবা অমত্তা লৈতনা চঙশিনখি ।

হনুবীদুনা শোলহৌই —

" করম্বা নুপীনোনে ; ঙাওরি ঙাওরি তৌব্রা কৈনো ? নোংমৈনা কবোক পোকপগুম কাপ্পম্রে, মীনা খা-ৱাঙ খংদনা চেন্নরবা মতমশিদা নাচুঙদবমখৈ চঙশিনখ্রিবা অসিবো !"

লম্বীদুদা মোর্নিং ৱাকিং চৎনরম্বা নহারোল খরসু মরী মরী চেন্নরকই ।

চেন্নরক্লিবশিং অদু উবদা য়ুম য়ুমদা লৈরম্বা মীওইশিং কোম্থোংদা থোক্লরকই । য়েংনৈ । কৈনো কৈদৌরে হংনৈ । অমনা হায় — " হৌজিক্কি মখোলদু তাহৌদ্রা "

চেল্লক্লিবা নহারোলশিংদুদা থরোঙৌবীনা মথং মথং অমমমতা ওইনা য়েংঙি । য়েংনা য়েংনা মখোঙ থাংবসু লেপতে ।

চেন্নরক্লিবশিং অদুগী মরক্তুগী অমনা অমুক লাওরম্মী —

" হো ইন্দোল ! নান্দেবম গোইলাইদা অমা লোংনা তাহৌরে । ঙসি ৱাকিংদো অদোমদা চৎলুরনু । অৱাংলোমদা চৎশ্রশে ।"

পাখংদুনা লাওরকপদু থরোঙৌবী নীংথিনা তাই । খোঙথাং লকক তৌই । ঙহাক খঞ্জানরম্মী । অদুগা হান্নগুম মখোং থাংলগা অদুম চঙশিনখ্রে ।

মথং মথং চেন্নখিবদগী, কোম্থোং কোম্থোংদা লেপ্পরগা চিবোন চিবোন ৱারী শানরিবশিং অদু নত্তনা লম্বীদদি মী অমত্তা চংনদ্রে । চংহৌরিবশি থরোঙৌবী মতোমতা ঙাইহৌরে ।

অসুম অসুম চঙশিনখিদুনা থরোঙৌবী নান্দেবম গোলাই য়ৌশিনখ্রে ।

খাকি শেৎপা পুলিস খরনা শঙদুনা লম্বী নাকন্দা পাখং মচা অমা লোংনা তাদুনা লৈরম্মী । মথবাক অমসুং মখোংদা নোংমৈ গুলিনা পানখি মাল্লে - ফি মথক্তা ঈ ফাওগৎলক্লে । শ্বর লৈরিব্র লৈতবরা খঙদ্রে, মশাদু লেংদ্রে । মমাইদু তগৎ তগৎ তেক্লি । মশমদু জ্বাই জ্বাই তাই । কুচুদু ঙৌই । মমিৎতু পাঙদ্রে । মচিম্বাল মখা থংবদু ময়া য়াথক্লা চীকশিনবা মাল্লি । মখুৎ য়েৎতুগী মনাক্তুদা নোংমৈ অতেনবা অমসু তাই ।

পাখং মচাদুনা তারিবা মাইকৈদুদা থরোঙৌবী অসুম চঙশিনখি । খোঙথাং তপথরগা লোংনা তারিবা পাখংদুদা য়েংঙি ।

লৈরম্লিবা পুলিসকি মীওইশিংদু পংয়াম য়ামদে । গাড়িসু জিপ অমখক্তনি । গাড়ি মনাক্তা লেপ্লদুনা পুলিস অমনা ৱায়ারলেসতা করি করিনো ৱা য়াম্না ঙাংনৈ । থরোঙৌবী নীংথিনা তারুদে ।

থরোঙৌবীনা খোঙথাং লক্কক তৌনা পাখংদুদা য়েংবদু উরগা পুলিস অমনা লাওরকই —

" করম্বা নুপীনোনে, 'সুক কিদবশিবু ! থুনা চৎখ্রোনে । নঙসু শিনিংলব্রা ? ফিভম ফত্রকানশিদা ! ঐখোয় ফাওবা কদায়নো য়ৌরশিদা ।"

য়েংলম্লগা থরোঙৌবীদু অদুম চৎখ্রে । হান্নদগী খোংকাপ কনখৎখি । নিংথম চঙলকপগী অইংবদু মঙোন্দা ফাওদে । অদুবু অহল অমনা শোলহৌবদু হাইরপ তারকই — " হৌজিককালশি লুরে । লৈবাকশি মপু পান্দবগা চপ মান্নরে । অঙম অঙম্বা হাৎ তোক্লরে ।"

খরা চৎলগা মোর্নিং ৱাকিং চৎপা শঙ্গু অমা লৈরম্মী । থরোঙৌবীনা নুংতিগী মোর্নিং ৱাকিং চৎপাদা থেংনবা খরসু য়াওই । মখোয়গী মরক্তগী পাখং মচা অমনা হংলকই — " ইমা নঙদি করম লাকই ? থানানা করিসু তৌরক্লা ? অমা শিহৌবদু মখোইনা কাপ্লা ওইরমাল্লে ।"

থরোঙৌবীদু নোক্লকই । খুমম্লকই —

" করি তৌরক্কনেগে । মখোয়সু মথৌ তৌজবনি, ঐখোয়সু ইথৌ তৌজবনি । অয়ুক্কি হকচাং শাজেল হায়বশিসু ঐগীদি তৌদবা য়াদবা ইথৌনি । মখোয়গী কাপ্পবনা লুবা নত্তে ।"

খুম্না খুম্না থরোঙৌবীদু পম্থরমদে । ৱাকিং চৎনরম্লিবা পাখং মচাশিং অদুদা অমমমদা ওইনা য়েংনা য়েংনা অদুম চৎখি ।

পাখং মচা অমনা হায়হৌই —

" শাথিপ্রবী নুপীনিনে । মোর্নিং ৱাকিংদা শিবা ফাওবা কিবীবা জাৎনত্তে ।"

অমনা হায়রকই —

" হকচাং ফনবা মোর্নিং ৱাকিং চৎপা হায়বশি শিবা কিবগী খুদমনি । শিবা কিদ্রবদি ৱাকিং চৎত্রবসু য়াই । শিবা নুমিৎতা শিরে । কৈদৌনি ? জয় কৃষ্ণ হায়দুনা লৈথোকপা য়াই ।"

অমনা অমুক তাপ ওক্লকই —

" শিদ্রিবা ফাওবা হকচাং ফনা খিং খিং লাওনা লৈনবা শাজেল তৌবা হায়বশি শিবা কিবগী খুদমনি হায়বা য়াদে ।"

" অদুবুদি চুম্মী । অদুবু হকচাং ফনবনি হায়দুনা নোংমৈ মরক্তা চেনশিনবদি চুমদে।"

অমনা মোত পী । পুম্নমক ৱা নোকমিন্নৈ ।

থরোঙৌবীগী মোর্নিং ৱাকিংদা পীনহৌরিবা মোত ময়ামশি থরোঙৌবীদি করিসু তাহৌবা নত্তে । মহাক্না করিগুম্বা তারম্লবদি অতোপ্পা মোত পীরম্বসু য়াই ।

চৎখিবা চহি অনী অহুমশি থরোঙৌবীনা চৎলক্লিবা মোর্নিং ৱাকিংশি নোংমত্তা লেপ্পা নত্তে । নোং চুবা, নুংশা শাবা, উন তাবা, হকচাং হাইফেৎ ঙমদবা, পুম্নমক

মঙোন্দা চঙদে । কালেন থাদা পুং ৪, নিংথম থাদা অয়ুক পুং ৫ দা হৌগৎলি । মপুরোইবা তোমচৌ হৌদোক্কনি। চৎখিগনি থাপ্পা থাপ্পা । লেপ্পা লৈতনা পুং অনী অহুমগী লম্বী । মপুরোইবনা থবক চিনবা নুমিৎতসু মহাক মতোমতা ওইরবসু অদুম চৎখিগনি ।

ঙসিসু থরোঙৌবী মতোমতা মোর্নিং ব্রাকিং চৎলি । মপুরোইবদু ঙন্তানা কেন্দ্রগী এম এল এ উন্নবা চৎকদৌরি । মদুগী লৈহৌরে।

ব্রাকিং হল্লকপা খুদিংদা ঐজ্ঞা মচাগী হোতেলদা চঙগনি । কাচিন অমদা তুমিন তুম্বক চা গ্লাস অমা পাইদুনা ফমগনি । চাদু নীংথি না থকপা নত্তে । খরা চুপ্পগা অদুম পাইগনি । হোতেলদা চঙলকপশিংনা ঙাংন - শক্লবা ব্রারি ব্রাতাই পুক্লিং চংনা তাগনি । ব্রারি তারিঙৈদা চাদু ইংখিদুনা থক্তনা হৈদোকখিবনা কোঙ্গাইনি । করি করিগুম্বা মতমদা, হোতেলদা চঙলকপশিংগী ব্রারিদা, থরোঙৌবীসু ব্রাহৈ অমা অনী থেৎচিল্লুবসু য়াওই । ব্রাহং খরা তৌরুবসু ময়াওই । অদুবু থরোঙৌবীনা, পাউখুম ফংদবা ব্রাহংগী পাউখুমগীদমক মখা তকশিল্লুবদি খক তৌদে । ঐজ্ঞা মচাগী হোতেলদা রেদিওগী অয়ুক্কী পাউ তাবসু থরোঙৌবীগী

অয়ুক পুং ৪/৫ দগী থোরকপা থরোঙৌবীনা ময়ুমদা হঞ্জিনবশি অয়াম্বা মতমদা অয়ুক পুং ৮ দি হেক হেক তাই ।

চৎখিবা চহি অনী অহুমশিদা থরোঙৌবী অয়ুক্কি চাক অমুক্তা থোংলক্রে । মোর্নিং ব্রাকিংদা মতম পুম্নমক হাৎলে । মচা নুপী অনীগী মারক্তা অমনা নুংত্তিগী কাইদনা থোংঙি । করিগুম্বদা মপানা থোংবসু ময়াওই ।

মচাশিংদুসু মরম ওকই । মপাগী ওফিস কাবা নংনবা থবক পুমম্নমক লোইনা শিল লাংঙি । মমা ঙাইদে । নুমিদাংগী চাক্তি মমাগী দায়িনি ।

মোর্নিং ৱাকিং

লৈকাইগী মৌশিংনা হায়নৈ —

" থরোঙৌবীমুক নুংঙাইবা লৈতে । অয়ুক চাক থোংদে । নুংথিল থবক তৌদে । চাবা ৱাংতে । মপুরোইবসু অচৌবা ওফিসার ওইরে । ওফিস কাথোক কাশিনগীদমক সরকারগী গাড়ি ফংঙি । মপুরোইবসু মবুক ফৈ । নোংমত্তা চৈ থাংদে । লাওনদে । থবক চৎথোকপা পুন্নমক মপুরোইবগী গাড়িদা চৎলি ।"

লৈকাইগী মৌশিংনা মশা মশাগী পুন্সিগা থরোঙৌবীগী পুন্সিগা চাংদমনৈ । খল্লি - ঐখোইশি নুংঙাইবা হায়বদু মচেৎ অমত্তা ফংদবা পুন্সিনি । নোংঙানবগা, ফমুংদগী হৌগৎলকপগা থবক্তা পরেং লেংদুনা লৈরম্মী । নুমিদাং ফমুংদা হেক চঙথ্রিবা ফাওবা থবক্তা খুরক হাংদে । ঐখোয়গীদি পোৎথাবা হায়বসে নুমিদাং ঙহাক তুম্বা অদুনি । মদুনা লোইরে ।

মখোইনা খল্লি —

" হন্দক মপোক অসিমদি থরোঙৌবীগী পুন্সিশি ঐখোয়না তানবা ফংলরোই । মপোক ফবা হায়বা অদুনি ।"

কনাগুম্বা খরনা অমুক হায় —

"নুঙাইবা হায়বশিদি হকচাং ফনা, ৱাখল নুংঙাইনা লৈবা অদুবুনি । থরোঙৌবীশি পুক্লিং, ৱাখল, হকচাং পুন্নমক নুংঙাইনা লৈরমগদ্রা ?"

লৈকাইগী মৌ অয়াম্বনা থরোঙৌবীবু কল্লক্লরিবা অসি চুম্মী । মাগী থবকশি নুমিদাংগী চাক থোংবা, মরক মরক্তা মপুরোইবগী ফিজু ফিজাম তৌবা, লৈকাইগী মৈরা পাইবী ইমা ইবেলশিংগী অহিং য়ারেক্লবা শিন-লাংবা, মরক মরক্তা মহাক মশাসু য়ারেকপা য়াওশিনবা অসিনচিংবা খরতনি ।

লাকপা নৌরিবৈঙদা , মচা পীক্লিবৈঙদা থরোঙৌবী থবক কল্লি । মচা চাউরকপদগী খরা কোমথোরকখি । অদুদগীদি চৎখিবা চহি অনী অহুমশিদি থবক শুখিদ্রে ।

থরোঙৌবীগী নুংত্তিগী তৌদবা য়াদবা থবক খরগসু লৈ । মখোয়দুদি — মোর্নিং ব্রাকিং হঞ্জিল্লকপদা অয়ুক্কি খবর পাবা, রেদিওগী ঈ-পাও পুন্নকম তাবা, তেলিফোন কোল লাকপা খুদিংদা পাইখৎপা, পাওখুম পীবা অসিনচিংবা খরা অসিসুনি । থৌদাংশিং অসি নোংমত্তা তৌদনা তোকখিদে । মসিদা হৈনিংদনা তৌখিবসু লৈতে ।

ছুত্তি ওইখিবদগী অয়ুক্তা খবর লাক্রবদি, নুমিৎতুমা থরোঙৌবী মশাদু হামচৎ হাম্ফোই তৌই । অব্রাৎপা অমা লৈবগুম, পুক্লিং নিংকোক নিংকোক তৌই ।

তেলিফোন খিংলক্পা খুদিং থরোঙৌবী পূক্লিং তনিক তনিকই । তয়াং তশোইবা ফাওই । খোংকাপ ব্রাইশিন্না তেলিফোন মনাক্তা চঙশিল্লি । তহা তহা তেলিফোন পাইখৎলি । অদুবু তেলিফোন পাওখুম পীবদা নোংমত্তা নোক খেবা তৌদে । তঙাই ফদবা খরতমক পাউখুম পী । ব্রাকোই ঙাংদে ।

নুমিৎ খুদিং লেপ্তনা ব্রাকিং চৎলিবী থরোঙৌবীগী হকচাংশি হেন্না ফগৎলকফম থোকপনি । অদুবু ওন্নরে । নোংমা নোংমগী শোকচিনবা অসুম অসুম হেঞ্জিল্লকই । মবক মরক্তা কোক চীকপা, কোক ঙাওবা হৌরকই । করিগুম্বদা লাইহৌ মচেৎ হৌরকপসু যাওরকই ।

মতৌ উবদা মপুরোইবা তোমচৌদু নুংঙাইতে । হায় —

“ নঙবু নশাদু য়েংবা নুংঙাইত্রে । ডাক্তরদা খরা য়েং খোৎ তৌগদৌবসু শিরেমখৈ যাদে । কৈনো তৌদৌরিশিবু ? ঐ ভাব তাদে । নঙ খরা ভাব তাও । নচা নুপী অনীশিগীসু খবা মখল্লু । থোকখ্রবনা থোকখ্রে ।”

থরোঙৌবী মপুরোইবদা হাইফেৎ য়েংঙি । পঙনা নোক্কন্দবীদু খজিক্তং নোকই । খুম্মী —

"নোংমদা পুং ২/৩ লেপ্তুনা খোঙনা চৎপা ঙম্লিবা ঐবু কনানা নারে হায়রিবনো ? করিগী ডাক্তরদা চৎকদৌরিবনো ? ডাক্তরদদি অনাবনা চৎকদবনি । অকনবনা চৎকদবা নত্তে । ঐগী মোর্নিং ৱাকিংশি লেপ্লবদি, ঐ নারে হায়বা য়াই ।"

তোমচৌদু মখা পাউখুম লৈতে । অঙাংনি হায়দুনা নম হাদুনা ডাক্তরদা পুবা, নমদুনা হিদাক পীজবা য়াবসু নত্তে । উপাই লৈতে । পুক্লিংদা মওল মওল খল্লি । অদুবু মোর্নিং ৱাকিংদা থরোঙৌবী মতোমতা থাদোপা তৌদ্রে । মাগা লোইনরে ।

ঙসিদি নোংমাইজিং নুমিৎনি । থরোঙৌবীগী মপোক নুমীৎনি ।

নুমিৎতুমদি থরোঙৌবীদু য়াহৌরকপদা হাইফেৎ শাথিনা কোক চীক্লে । য়াহৌসু থেংলে । মোন্দগী মকোক হাইগৎলকপদু হাইফেৎ ৱাই । হৌগৎপ্রবা মতুংদা খরা য়াংবোই নিংঙি । অতৈ নুপী ওইরম্লবদি মচিন মখা শেংবা ফাওবা হৌগৎলক্কদবা মান্দে । ফমুংদা য়াতাদুনা লৈরগদবনি । অদুবু থরোঙৌবীদি মদু য়াদে । মোর্নিং ৱাকিং লেপ্পা য়াদে ।

থরোঙৌবীদু য়াহৌরক্লগা মহৌশাগী নিয়ম কাইদে । নুমিৎ খুরুম্মী । মচিল মখা শেংদোকই । বাদ রুম চঙদুনা হকচাং শেংদোকই । মফি শেৎচিল্লি । ৱাকিং থোরকই । থোরক্লমদাইদা মচাশিংদা নোংমগী শিক্ষা শিন্নরম্মী ।

মপুরোইবা তোমচৌদু থরোঙৌবীগী হকচাং অদু য়ৌনা নুংঙাইরম্লোই হায়বদি খঙদে । অদুম ওইনমক তেম্পরেচর খরদি লৈরব্রা খল্লি । ডাক্তরদা চৎশি য়াদবনিনা মহাকসু উপাই লৈতে । মফি শেৎচিল্লগা খরা তুং ওইরপ থরোঙৌবীগা

থোকমিন্নরকই — মোর্নিং ব্লাকিং ।

কোম্থোংদগী পাংয়াম য়াম্না থোকখিদ্রি । তোম্বদু থেংনৈ । ফাগী তৌরকই —

“ কৈনো ঙসিদি থেংলেনা ইনে । ঐখোয় খুরাতোনহোইদি হব্রা অনী অহুম চাহৌরে ।”

“ ইনে খরা থেংখ্রে তোম্বা ।”

থরোঙৌবীদু খুমখি । খোঞ্জেলদি নেমলে । চৎপগী চাংসু ঙসিদি মহৌশা নত্রে । তপলে ।

তোমচৌদু তপলি তপলি ইন্নে । থরোঙৌবীগী মতৌ তুংদগী পুক্লিং চঙনা য়েংঙি। পুক্লিংদা মওল মওল খল্লি । থরোঙৌবীগী মতৌ য়েংলুরগা পুক্লিং নৌথরকপসু ফাওরকই । মমাই ঙাংশিল্লকই । পিগী ইরা শিন্থরক্লমাল্লে, রুমাল লৌথোক্তুনা মিৎলু তৈথোকই ।

তোমচৌখোইগী লম্বী হাইজিনফম অদু য়ৌরক্কদৌরে । শোরোক অচৌবা তাগদৌরে ।

লম্বী হাইজিনফম অদুদা পাখং মচা অমা সাইকল সাবল মথক্তা ফল্লগা, মখোঙনা লৈবাক্তা নেৎলগা ফম্বোই লেপ্পোই লৈরম্মী । থরোঙৌবী থোরকপদু পাখং মচা অদুনা থওইনা পুক্লিং চঙনা য়েংঙি ।

থরোঙৌবীনা খরা নকশিল্লক্লবা কান্দুদা পাখং মচাদুনা সাইকলদগী কুমথরকই । সাইকল স্তেন্দ ঙাকশিল্লি । থরোঙৌবীগী নাক তান্না চঙশিল্লকই ।

পাখং মচাদুগী মখুৎ য়েৎ অদু ফুরিংখাও জেবতা হুমজিনখি । ফুরিংখাও অদুদগী এনভেলপ অমা পুথোরকই । এনভেলপ অদু থরোঙৌবীদা লানশিন লানশিন্না হায়রকই —

" ইমা ঙাইজরম্বা কুইরে । সিমতা লৌশিনবীয়ু । আদগী থারকপনি ।"

তিঙক মাইঙক থরোঙৌবীদু এনভেলপ লৌশিল্লি ।

পাখং মচাদুনা থরোঙৌবীগী মখোং শোক্লা খরুম্লম্মী । অদুগা থুনা য়াংনা সাইকল তোংখৎতুনা থৌখি । কদোমদনো, খাদরা ৱাংদরা খঙহৌদে, থরোঙৌবীনা য়েংখৎলকপদা লৈরমদ্রে ।

থরোঙৌবীদু মঙগা চপ মান্নে । "করিনো " হায়বা ৱাহে অমা ফাওবা হংবা নংহৌদে । মতুংদা লাক্লিবা মপুরোইবা তোমচৌসু অদু মঙাই । মানবু হেন্না ভাব তাহৌদে । এনভেলপ পীরম্বা অদু ফাওবা উহৌদে । খুরুম্বা অদুতমক উহৌই ।

তিঙক মাইঙক্লবা মরক অদুদা তোমচৌনা তুংদগী তপ্তক হংলকই — "করিনো"

" ঐসু খঙদে, শি পীরম্মী ।"

চৎনা চৎনা এনভেলপতু থাঙ্গৎতুনা থরোঙৌবীনা তোমচৌদা উৎলি ।

তোমচৌনা থোইনা থৌশারুদে । ইতিং তিংনা হায় —

" করিনো হাংদোক্লগা য়েংঙু ।"

চৎনা চৎনা থরোঙৌবীনা এনভেলপ মখুম শেগাইদুনা হাংদোকই । পীকত্রবা

চে অমা য়াওরম্মী। নীংথিজনা মওং তানা থুপ্পী। হাংদোক্কুনা পাখি।

চেদু পাবা লোইরম্লগদ্রা লোইরম্লোইদ্রা খংদ্রে, থরোঙৌবীদু মশা থক থক নিক্লকই। মমিৎ তন্দন পাইরকই। "মহোই বাবা....." হায়রম্লগা মখা তারকখিদে। লেপ্পা লেপ্পা মশা হাইথরকই। তুথরকই।

খোংকাপ অহুম মরিগী লমদা তুং থংহৌবা তোমচৌদু স্বাই লাওই। হংঙি — "কৈদৌরে?"

হোৎচিল্লি। থরোঙৌবীনা লৈমাই য়ৌদ্রিঙৈদা কোনখৎপা ঙমহৌই। মখুৎতগী চিঠিদু লৌথোক্লগা ফুরিৎখাওদা হাপচিনখি। পাগে খল্লুবা য়াবা তাঞ্জা নত্তে। হন্না হন্না কৌরকই —

"থরোঙৌবী! থরোঙৌবী! হা কৈদৌরে? সে কৈদৌরে? নমিৎ পাংথোকউ।"

থরোঙৌবী খুল্লক্তে। মমিৎ পাওদে। স্বর চনিং তানা হোন্দে। মখোঙ মখুৎ ঈংশিল্লকই। মওং অমা তৌরকই।

তোমচৌদু ভাব তারক্তে। খোঞ্জেল কাইনা কৌরকই —

"থরোঙৌবী! থরোঙৌবী! শে নমিৎতু পাংথোকউ।"

কৌনা কৌনা মখুদা থরোঙৌবীগী মকোক্তু ঙাথহল্লি। মখুৎতু শাগৎলক্লবা নোইবী। লবাই লেম্ফুদা কামথবী। অদুবু থরোঙৌবীদি লৈখোক লোইরবী গুলাবকা চপ মান্নরে। য়েংবদা তগৎ তগৎ তেক্লি। থেংলুবদা কেনখিগদবা মাল্লে।

তাঞ্জাদুদা তাল্লক ওই। লম্বীদু কনাসু চৎতে। অদুবু তোমচৌনা খোঞ্জেল কাইনা কৌবদু অনকপদা লৈবা য়ুম অমগী মৌ অমনা ঈশিং শোকপা থোরকপদা তারকই। করি তৌরবনো হায়না থোঙ্গালদা থোরকই। তৌরম্লিবদু উবদা পাখৎলি। কোইলাও লাওরকই —

"হো কনা কনানো অমুক্তা থোরকও! মনিংঙোম ইচে থরোঙৌশে কৈনোমা তৌখ্রে।"

নুপীদুনা হন্না হন্না লাওরকপদু নক্লবদা লৈবশিংনা তারকই। মরী মরী চেম্বোক্লরকই। লৱাইদা কামথবীবা য়াও, মখুৎ মখোঙ নোইবীবা য়াও — থরোঙৌবীবু সেবা তৌবীরকই। য়ুমদা লৈহৌবা মচা নুপী অনীদুসু পাও ফংলমাল্লে, কপ্ল কপ্ল চেম্বোরকই।

তোমচৌনা ৱা অমা ফাওবা হায়বা ঙমহৌদ্রিঙৈদা মনাও নুপা অতোম্বদু গাড়ি থৌদোরকই। থুংলৈ। থরোঙৌবী হোসপিতালদা পুখৎখি।

নুমিৎতুগী নুংথিল পুং ৩ তাখ্রে।

লৈকাইদা পাও শন্দোরকই — থরোঙৌবীদু য়ারোইদৌরমাল্লে। নাম পীনবা ঐজ্ঞামচা ডাক্তরদা পু খ্রে। লৈকাইগী শিংলুপকি থৌরাং লোইশিল্লু হায়রক্লে।

মীওইবগী পুন্সি হায়বশি য়াম্না অঙকপা অদুগা নুংশিবা মথেলনা থনবা খোংচৎ অমনি। থরোঙৌবীদু ঙসাই অয়ুক্তি চৎলম্মী। ৱা ঙাংলম্মী। মপুরোইবদা নুংশিনা য়েংলম্মী। মচাশিংদা নোংমগী শিম্বা শিন্নরম্মী। অদুবু হৌজিক্তি ?

মহাক লেংদ্রে, ৱা ঙাংদ্রে, নোকত্রে। নুংশিরবা মচা, নুংশিরবা মপুরোইবদা মিৎচিনফাওবা য়েংলক্ত্রে। পৃথিবীগী করিগুম্বা শক্তি অমত্তনা মহাকপু শাওহনবা, নোকহনবা, কপফনবা, চৎহনবা ঙম্লরোই। হয়েং অয়ুক্তি মোর্নিং ৱাকিং—

থরোঙৌবী উররোই । মতম পুম্বগী উররোই । মতমনা অসুম অসুম কুইখ্রগা কাওখিগতবদা ঙাইরে ।

সংস্কার মফমনি ।

মচা নুপী অনীদু ব্রাছ্র-ব্রাছ্র কল্পদা মপুম থিৎলে । মতৌ উবদা লৈকাইগী মীওই পুম্নমক থম্মোই কাইরে । কাইনবগী ঈথিল ফাওবা মীপুম খুদিংমক পি শিন্থে ।

ইমা ! ইমা ! হায়বা খোঙ্হোক্তা, খোঞ্জেল লূম্না, থম্মোই পেন্না কৌই মচা নুপী অনীনা । মচা কাইনরবী মমা কয়াগী থম্মোইবু মচেৎ মচেৎ থুগাইরকই । ঈপাল থাগী ঈচেলনা, চাংজৌ তোর্ব্বান নমথেক্তুনা মাইকৈ ফাংনা চেন্থ্রকপগুম, মচা অনীগী থিংঙমদ্রবা মিৎকি পিরাংদু লমথুং খংদনা চেন্থরকই । মখোয় অনীদু পুম থিৎলে । কাইনবগী চৈনা মমি শাল্লে ।

তোমচৌগী থম্মোইদি পুমহাং হাংলে । চৈনা চাম্মনি, ব্রাখল চাম্মনি । পুন্সিগী লুরবা তাংফম্লি । অমত্তং পুবদা ব্রারবা মৈচাক কয়া অমা পুদুনা চৎলিবনি ।

পূক্লিং, থম্মোই, ব্রাখল, পুন্সি পুম্নমকশিবু পুবদা ব্রারবা তোমচৌনা, থরোঙৌবীগী চিতাদা পুন্সিগী অমুক্তমক চুগদবা অরোইবা মৈ অদু চুরম্লগা হল্লকপদা নুমিদাং পুং ৯ তারে ।

নুমিদাং অদু তরু-তরুই । মাইকৈ পূম্নমক পুমচিক চিকই । ১৭ নি পানবা মেরাগী থাজদু অতিয়া মকোইদুদা পুল্লং লংনা ঙাল্লি । ব্রাখলগী পোৎলুম্না নমহৎলবা তোমচৌদু ইমুংদগী মপাল থোরই । শুমাংদা কাতু কারল চৎলকই । অচিকপা থাজ য়েংঙি । ব্রাহং কয়া হংঙি । থাজদুসু অসুম অসুম চৎলি । মঙোন্দা য়েংলকপোই নিংঙি । অদুবু পাউখুমদি অমত্তা পীরক্তে ।

কপমনবনা খোঞ্জেল থোক্রুবা মচা নুপী অনিগী ৱাখল খল্লুরগা পূক্লিং নৌথরকই । মপী শিঙ্খরকই । নিংশিংলকই — ঙসাই অয়ুক্কি থৌদোক ! তারকই থরোঙৌবীগী পুক্সিগী অরোইবা ৱাহৈ — “ মহোই বাবা ......!” অদুদগী শকখঙদবা পাখং মচাদুনা পীরম্বা চিঠি । কয়াদা তমথিখ্রবা চিঠি

থরোঙৌবীনা হোসপিতালদা ঙাইহাক লৈরিঙৈ শরক্তা, অহাংবা মফম থিদুনা, তোমচৌনা ঙসাই অয়ুক্কি চিঠিদু পাখ্রে । তোমচৌসু কোক ঙাওই । পৃথিবী পুম্নমক মথক মখা ওল্লি । ঙাইহাক জ্ঞান মাংলুই ।

“ মসিগী চিঠিশি অচুম্বা নত্তে । মসি শেগাইখ্রগে । ইচা নুপীনা অনীনা থেংনখ্রগা কমদৌবা .................. ?”

চিঠিদু তোমচৌনা শেগাইগে হোৎনরুরবনি । অদুবু ঙমখিদে । মখুৎ নীক্লকই । চিঠিদু অমুক থৱাইদগী হেন্না পাম্মুরকই । কপনিংলকই । মমিৎ ঈরা চেল্লকই ।

ময়ুম য়ৌরকপগা থমজিনখি চিঠিদু অরোনবা উপুগী, খ্বাইদগী অরোনবা মফমদা ।

থরোঙৌবীগী অষ্টি, শ্রাদ্ধ কর্ম্ম পুম্নমক্কি পোৎ লাংঙি তোমচৌনা — অনী অনীনা খুজিং ওইদুনা । অরাংভমনা হায় —

“ করিনো ইবুংঙো তোমচৌ, কর্ম্মগী পোৎপু অনী অনী শিল্লু হায়রিবশিবো । কর্ম্ম অনী শোনবগা মান্নরনিনে । শেল তিংলনি ।”

“তিংশনু । ঐনা পামজবনি । ” — খুম্মী তোমচৌনা ।

কর্ম্ম লোইখ্রে, চহি কুমওন ফিরোইসু লোইখ্রে ।

আঃ কাইনথংদা লৈকাইদা নিনফুং নিনফুং ঙাংনরকই —

"তোমচৌগী অমত্তা পোকচবা মচা নুপাদু আ: বঙ্গলাদেশকি ভানুগসতা কাপ্পবদা শিখ্রেয়ে ।"

" কয়া কুইর ব্ৰানোনে ?"

"খবা কুইরমাল্লে ।"

" মবিলসু খাইদা ! চৎখিবা নুমিৎতগী নোংমতসু ময়ুমদা লাকখিদমাল্লে ।"

খবা কুপথনা খঙবা কাংবুনা হায়নবকই —

" মচাগী মৈচাক্লা ঙাওবদুনা মমাদু নুমিৎ খুদিংগী মোর্নিং ব্ৰাকিং চৎলম্বনি ।"

"মাগীদো মোর্নিং ব্ৰাকিং চৎপা নত্তে । মচা থিবিবনি । অয়ুক অঙনবদা চৎনবিবা ময়ামগী মবক্তা মচা যাওব্ৰা যেংলিবনি । মখোযগী কাংবুগী চৎথোক চৎশিনশি অয়ুক অঙনবগা নুমিদাংগনা খবা হেনমাল্লে ।"

অমনা হায —

"নুমিৎ চুপ্পা থবোঙৌবীনা তেলিফোন শংলিবদু — মচানা তেলিফোন তৌবকপ্রা ঙাইবিবনি । মচাগী মৈচাক্লা ঙৌনা ঙৌনা শিখিবনি ।"

"কবিগী ঙৌবোই ! চাউথোক চাউনা লৈবম্বা, অমত্তা পোকচবদুনা, মফম খংদনা মাঙখ্রবদা ?"

অমত্তা পোকচবা মচা নুপাগী মশক্তো, মিৎকুপ অমত্তা ওইরবসু য়েংনিংঙি থরোঙৌবীনা । "ইমা" কৌবা খোঞ্জেলদো অমুক্তংদা ওইববসু তানিংঙি ।

নুমিদাং খুদিংগী ময়ুমদা মচা হঞ্জিল্লক্কদবোই নীংঙি । খোঞ্জেল অমত্তং তাবদা

না থাঙ্গৎতুনা তাই — মচাগী খোংঙুপ মখোল্লা ? থোংজিলদা থোংনাওদা লোন্না কৌরক্কদ্রা — " ইমা ! ইমা !"

অহিং কয়া তুমখিদে, মচা কাইনবনা কুচু থোক্রুবীদো । অহিং কয়া মফম খঙদনা নোং ঙানখি । মচা কাইনঙৈ, ফজবা অথিবা মশক খঙখিদে ।

মদুদসু নত্তে । থরোঙৌবীনা ব্রাছুখিবদো মচা শিবগী চিঠি ফংবদগীনি — !

লৈকাইনা ঙাংনরক্লিবা — করম্না খঙলকপা ? খঙহৌই । চিঠিগী ব্রারোলদু নীংথিনা খঙহৌই — তোমচৌগী মনাও নুপা অতোনবদো ! চিঠি পারুবদগী ময়াম্বনা হোসপিতালগী অচিকপা কাচিন অমদা ঙাইহাক ব্রাছুরিঙৈদা । মনাও নুপা অতোম্বদুনা চিঠিদু পাহৌই —

**লাইবক ফরবী ইমা,**

নহাকমুক লাইবক ফবী ইমা
মালেমশিদা লৈরম্লরোই । ঐখোয়গী
মরুপ দিনচন্দ্র, মাগী মথৌদাং থৌনা
ফনা পাংথোক্লম্লবা তুংদা
মরুপ শাশিন্নরম্বা মীরৈহৎ
মীতম্বাল অমগী গুলিদা
মহাক চৎখ্রে, ঐখোয়গী হয়েংগীদমক ।
ঐখোয়না মঙোন্দা পীথ্রবনি
লাল সলাম ! থৌনা ফবা
পোকপী ইমা, নঙোন্দসু
পীজরি — লাল সলাম !
খুদক্তা মথৌ মঙম পাঙথোকপীরো ।

নহাক্কি
নপারি নমোমশিং

ইম্ফাল
তাং ১ । ১। ৯ ৩ ইং

# খোই মহুম

ওফিসতগী হেক হল্লকপগা ইচা নুপী অতোম্বীনা তহা তহা তম্লম্মী —

“বাবা খোই অমা শারে, ঐখোই হৈনৌদা, অৰাং লোমগী।”

ঐ থোইনা নাচুংলুদে। অদুবু হংঙি —

“ করি খোইনোনে ? হাকুমগী 'দুগুম্বরা ?”

“নত্তে, হন্দক্কিশিদি য়াম' কিজ-জাৎনি। খোইদো চাউথোক চাউই। মবুক্তো হঙ্গামপালনা কোরোক কোইশিল্লি। মশা অতৈদি মুই। মহুমদো ফজৈ, ঙাছ্‌ক মওং মাল্লি।”

তাবদা স্বাই লাওই। অহল লমনশিংনা হায়নবা অরুবা খোই হায়বা অদু

ওইবা তাই—খল্লি ।

অহল লমনশিংনা লিনবা খোই শাবগী ৱারী য়াম্না তাখ্রে । অমত্তা ফনা হায়নদে । মাইকৈ পক্লদ্রবদি ইমুংদু অৱাবা তাই । মীশি নাশি নংগল্লি । য়ুমদা, ইংখোলদা খোই শারবা হায়বা অসি ইমুংদু দোষা ফত্রদুনা তৌরবনি ।

খোই শারবগী মতাংদা অমুক্কা হেন্না কিনরিবা অসি খোইবীনিংথৌনা শারবা অসিনি । ঐহাক খঙলে ঐগী ইংখোলদা শাররিবা খোই অসি মীয়াম্না কিনা হায়নরিবা খোই অদুমক্নি ।

খোইবীনিংথৌ হায়বশি শাথিবা খোইনি । মহু য়াম্না কল্লি । খোইশিনা চিকখ্রবা মীওইশিংতনা মাগী মহুগী ময়াই অদু খঙগনি । ঐহাক ৱারী অমা নীংশিংলকই — খোই অসিগী খোইরা লোক্লবা হোৎনরুবা, নহা অমা খোই ৭/৮ না য়োমশিন্দুনা চিকখিবদগী লাইকন্নবা ঙমদনা শিখি ।

ইচাশিংদা ঐনা হায়খি —

" মনাক্তা চঙলুনুকো, শাথিবা খোইনি । হয়েং নোংঙাল্লগা মওং য়েংগে ।"

ইচানুপী অহলনা হায়রকই —

" য়ুমগী অৱাংদা শাবনিনা ফত্তবদি ওইররোই । ফক্লাং পাঞ্জিকাগী মতুং ইন্নদি, অৱাংদা খোই শাবদি মহৈ মরোং চূম্মী হায় ।"

ইচা অতোবীনা মচেগী ৱাদুদা তেংবালকই —

"অদুদি হন্দক্তি ঐখোয় লবুক, ফৌ য়াম্না লোক্তারেনে ।"

ঙসাই মখৈ ঙাংনরম্বশিংদু ইচা নুপাদু তাই । মোত অমত্তা পীরক্তে । মাগী কেমি স্ত্রিগী পারা পাদু লৈবা ঙাল্লি । লবুক্কি ঝাফম পাল্লকপদুদা মঙক থাঙৎলকই । মোত পীরকই —

" উম, ফৌ য়াম্না থোক্তৌরি । হৌজিক জুন থা লোইরক্কদৌরশি ফাওবা নোং চুদ্রি । হান্না খরা চুখিবগী ঈশিংদুসু হৌজিক্ত অমত্তা লৈত্রে । লবুক লৈত্রক চৎলি । লাঙ্গোল থাবা য়াদে । লাঙ্গোলদি লাইরদনা ত্রেক্তর চঙদে । হন্দক্তি শজিবু লৌতাবসু ইয়া য়াখিদে । নোংমা নীনিশিদা নোং চুবিরক্রুবদি জুলাই থাখাইদা লৌ লিংবা ওইথোক্তে । লুরিবশি, হৌজিক ফাওবা লৌহোন হনবা য়াদ্রিবশিনি ।"

" নোংগী ঝাবু তম্বা ঙমব্রা ? হয়েং হংচিৎ গ্রোং চুরক্লগা লোইবে । অদৈদি লৌহোন শৎ হুন্নি । থাখাইদা কুন্নিদা লিংথোকপা য়াবা লৌহোন্দুবু । দেপোগ লৌহোন্দি নুমিৎ তরাহুমদোইনিদবু লিংবা য়াই হায়রকানশিদা ।"

—— ইচা নুপী অতোম্বীনা তাপ ওকখি ।

ইচা নুপাগা ইচা নুপী অতোম্বীগদি ঐগা তোইরপ লৌ কুম্বনিনা লৌগী মরমশি কাবক খঙলে । ইচা নুপী অহলসু খরা খংঙি । মমাতনি জ্ঞান তাদবা, তানবসু হোৎনদবা ।

হন্দক্কি নোংগী মওংশিগা, শারিবা খোইদাশিগা ভাব ইতা তাদে । করিনো পুক্লিংদা মওল মওল খল্লি । মাইবা অমা কৌদুনা য়েংহনগে খল্লি । চুম্না য়েংবনদি কান্নরোই । লাই খুরুম্বা তাবনি ।

হাকুমসু চিংখৈগী কোম্থোং ময়াদা হৌবা উ অমদা খোই অমা শাখিবনি । খঙহৌদনা পাইরকখিবনি । খোইরেন্নি । অদুগী লাই খুরুম্বদা লুপা ৩০০/- লোম

চঙখি । মাইবদু মশা ঙমদ্রে হায়দুনা মখোঙনা লাকউ য়াখিদে । কারদা লৌরুই । লুপা ২০০/- চঙখি । দক্ষিনাদি লুপা ৫০ খক্তনি । পোৎলম লৈবদা লুপা ৫০ রোমসু চঙখি । হন্দকসু শেমফমদু চঙবা তাই, দক্ষিনা হেনগৎলু হায়রকপসু খঙদে ।

কুমগী নোং খরদি চুদবা য়াদে । খরা খরা চুবা হৌরকই । তাঙ্গা লৌহৌদবা য়াদে । অদুনা লৌ পান্নবগী খোইদোক খোইজিল, লৌহোনগী থৌরাং, পুন্নমকশি হোৎনরিঙৈদা খোইগী লাই খুরুম্বগী ব্রাদু নীংশিংলুবা শংহৌদে । কাবক কাবক চুরক্লিবা নোংদুগী তাঙ্গা লৌহৌদ্রবদি মতম লিৎখিনি । লৌ উবা হায়বা অসে মতম লিৎথোকহনখিবা য়াবা থবক নত্তে । মতম হেক লিৎথোকখিবদা ফৌগী মহুৎতা ফৌহাম লোক্লদৌরিবনি ।

খোই তানবগী লাই খুরম্বগী ব্রাশি ঙসি তৌগে, হয়েং তৌগে, হংচিং তৌগে খরা কোম্বা ঙাইখিগে — খন্না খন্না অসুম মতম য়ৈথোক্লিঙৈদা, খোই মহুমদু নোংমা নোংমগী অসুম অসুম চাউবা হেনগৎলকই । মতা অমা তৌরকই ।

ইচা নুপী অহলগা অতোনবীগনা, ঐগা নুমিদাং খুদিং থবক্তগী হল্লকপগা খোই মহুমগী রিপোর্ট তৌই । খোই মহুমগী ঙাম্বক মানবদু ঙসিদি মখুম খুমজিনখ্রে ........ বোল অকাম্বী মচা মাল্লে ..... মথোং অমা নোংপোক ওন্দুনা ফাৎলে .... মথোংদুদা খোই অমা অনী শংদুনা লৈ ........ ঐখোই' খোই মহুমশে জর জর চাউখৎলক্লে, য়েংবদা কিরে ..... ফুটবলমুক চাউরক্লে, মরোং মরোং তৌই ..... মরাং মরাংঙি.... মুগা ফিগী মচু মাল্লি ..... অসিনচিংবা ।

শেল চিনবগা, থবক চিনবগা মপা চানদুনা ঐ খোইদু নোংমত্তা নীংথিনা য়েংলুবা ঙমদে । মাইকৈ পক্লদবসু নত্তে, নোংমা তাল চাবা নুমিৎ অমদা লাই থোক খুরুমথোক্লগা লোইরে । কোক পাইজখিগনি । হাকুমসু লাই হেক খুরুম্বা নোংঙাল্লগা মতোমতা পাইজখি । ঐনা খোইগী ব্রা নিংশিল্লুবদা তত্তনা খনখিবা

ব্রাহংদি লৈরে, পাউখুমদি লৈত্রি

ব্রাফমনি ।

নোংমদি মমানা হায়খি —

" ইমাইপেম্মা ! খোই মহুম্না জরা-জরা চাউখৎলকপগুম ঐখোইসু জর জর নুংঙাইজরক্কদৌরিবনি ।"

ইচা নুপী অনীনা খোই শারগা থওই ব্রাওইদে, লাই খুরুমথোক্তে হায়না তৌরকপা ব্রাকৎতা মমানা খুমখিবনি ।

কুমগী নোংজুনগা ফত্তবা অদুদা কুর্মশিদি ব্রানা লৌ পানখি । ফৌদি শোইবদগী লৌ লিংবদা লৌহোন কোন্নখদে । মীঙোন্দগী লুপা ১৩০/- পীদুনা চাইজি লৌহোন ফৈদোম মচা অমা লৈখি । অফোইমল লুপা ৫০/- তিংখি । মদুনসু কোন্নদবদগী পাম্ফেল লৌহোন ফৈদোম মচা অমসু লৈখি । মদুনা অমুকসু কোন্নবক্তদুনা লৌহোন শাফোই হাবৈ ২৫ (কৃনমঙা) গী অমুক লৈখি । পুন্না লুপা ৫০০/- গী মযাদা তিংখি । লৌহোন শোইবা হাযবশিসু অব্রাবগী মশক্নি ।

য়ুমগী অব্রাংদা খোই শাবগা মহৈ মরোং চুম্মী, ফৌ থোকই হায়রিবশিবু কদাইদনো ? কুমশি লবুক্তা ঈশিং লৈতে, লৌহোন কোন্নদে, শেল হেন্না চঙখ্রে । মসি দাই য়াবগী খুদমদি নত্তে । অদুবু ফৌথোক্কিদি পোইনুদা য়েংবা তারি ।

উচিন নাচিন লৌ পানবদু লোইখ্রে ।

নোংমা পুলিস কন্সতেবল যুগীন্দ্রো ঐখোইদা কোইথোরকই । ময়ুমদু শন্দ্রোক্তগীনি । চীংদা মখল কযাগী খোই লোকপা তত্তনা চৎপা মীওইনি । খোইগী মরমদা য়াম্না মুন্না খংঙি ।

যুগীন্দ্রোনা হায় —

"তামোগী খোইশিদি খোইবীনিংথৌ অমাংবনি । মসিসু শাথিবদা নম্বর য়ানিনি । 'সুম থল্লবদি মহুমশি সনাবুলমুক চাউরক্কনি । মচিঞ্জাক থিবা ঙম্বা খোই মশিং লিশিং লিশিং য়ৌরক্কনি ।"

খোই মহুমদা ঙহাক অমুক য়েংলুরগা মখা তারকই —

" মহুমশি চাউদা চাউরক্কুনা খোই মশিং য়াম্লক্কবদি তম্থোক্কবা নত্রগা ফানবা হায়বদি হাংনবা হোংনবদা অৱাবা ওইরক্কনি । খরা চাউফাংত্রিবঙেশিদা করিনো খন্নহৌবা চুমগনি ।"

তাঞ্জাদুদা খোই অমা মহুমদগী পাইথোরকই । যুগীন্দ্রোগী মকোক মনাক নক্না পাইশিল্লকই । মহাক মদু উই । মহাক লেংদে । ময়াদু উমশিনখি । খোইদু করিসু তৌরমদ্রে । নোংপোক পাংনা থাপ্না পাইখিবা উই ।

স্বর মতেক অমা হোন্দোরক্লগা যুগীন্দ্রোনা হায়রকই

"খোই পাইশিল্লক্কবদি, তুমিন্না হাই-হুমদনা লৈরগা, য়া মনুংদা লৈ কোনশিল্লবদি চিক্তে হায়নৈ । মসি কয়ামুক চুম্বনো হায়বগী প্রমান পীনিংঙাইদি লৈতে ।"

মহাক্না অমুক মখা শমথরকই —

" খোইশিনা পাইখ্রিবশি মচিঞ্জাক থিবনি । অদুনা মহাক থাপ্না পাইখ্রিবনি । মহুম শাবা খোইশিংদি থাপ্না পাইরোই । অনকপদা লৈবা উপুমগুম্বদগী হায়বদি নোংজু নুংশাদা কুইনা চহি শাংনা লৈরক্লবা ফোপ ফোপ লাওরক্লবা উ মকুপশিং মখোয়গী মচিলনা ফক্লু গনি । মদুনা মখোইদগী থোরকপা মতিলগুম্বা মহিগা

তোৎনরগা মহুম শাগনি । মখোয়গী মচিল অদু য়োৎকুম্না কল্লি অদুগা মচিলগী মথক মখা অনীদু থাঙ্গোলগুম্না ময়া পাল্লি ।"

যুগীন্দ্রোনা ঙাংলিবশিং অদু ঐহাক পূক্লিং চঙনা তারি ।

ঐঙোন্দগী হেন্না পূক্লিং চঙনা তাবা অমসু লৈরম্মী । ইচা নুপী অতোনবীনি । মহাক্না হংলকই —

"কাকা মখোয়শি করি করি মচিঞ্জাক চাই ? লৈহি চুপ্পা ?"

যুগীন্দ্রোনা খুম্নকই —

"মখোয়শি মতা অমনি । খোই ওইরবসু খোইদা অমনি । শাহিং ঙাহিংসু হৈনৈ । অপুম অশাসু হৈনৈ ।"

মহাক্না মখা শমথরকই —

" করিগুম্বা মতমদদি মচিঞ্জাক থিবা চৎখ্রিবা খোই অমনা, মহুমদা লৈবা খোই পুন্নমক্কি থব্রাই মাঙহন্নবা লম্বী ওইহনবসু য়াওই ।"

" অদুদি করম্না ওইরিবনো ? "

ইচা নুপী অতোম্বীনা হংখি ।

"চীংদা খোই মহুম নত্রগা খোই মকোল থিবা চৎপা মীওই কয়া অমা লৈ । মখোয়না শাজৈ শাংলপ তৌবা অমা পায়গনি । মতোন্দা শাহিং ঙাহিং চেনবা, অপুম অশা অমা নপশিনগনি । মসিগুম্বা খোই অমা তোংলম্বা উরবদি, অপুম অশা নপ্লবা শাজৈ মতোলদু হৈ-শিংনা তপ্পা খোইদুগী মনাক তান্না ইনশিনগনি ।

মনম তাবদা খোইদু চৈ মতোলদুদা তোংগনি । অদুগা অপুম অশাদু ফক্তুনা চানবা ১সুং পুনবা হোৎনগনি । মহাক্না মদুম্না হোৎনরিঙৈ অদুদা নুপা অমনা লং অশাংবা অমা কোঙ্গোই তৌদুনা খোইগী মখ্বাংদা কিহৌগনি । খোইদুনা চাবদা পুক্লিং চঙলিঙৈদা, মঙোন্দা থাক্লিবা লাং অদুগী মরমদা কয়া খঙগন্দে । মহাক্না অপুম অশাদু চাবা অমদি মহুমদা পুনবা ফকপা লোইরগা পাইখিবদা, মখ্বাংদা কিখিবা শাংলবা লং লংজা অদুগী খুদুং খোই ফাবশিংনা ইন্নগনি । মহুমদু মফম খংহৌরবা তুংদুদগীদি, খোই ফাবশিংগী খুদোং চাবগী মতুং ইন্না খোইদু ফাগনি ।

মহাক্না মখা শমথরকই —

"চীংদদি খোই মহুমশি অয়াম্বা মতমদা লৈবাক মনুংদা শাই । জঙ্গলদা চৎপদা ফংদবদগী খোই মহুমদা খোঙ পুৎথরুরবদি মীদু শোইদনা শিগনি ।"

ঐগীদা শারিবা খোইশি অমুক য়েংলুরগা হায়রকই —

" থাজনবগী মতুং ইন্না অজা পুজা তৌরগা মসি থুনমক তাম্বোকপীহৌরো ।"

পুক্লিংদা খরা মখৈ খল্লবসু, নহালমখৈ কয়াবু লুনা খল্লমদে । অদুবু খোইগী ৱারীদা চংখোল্লবা অমনা হায়রকপা অদুদদি ঐহাক কিশিল্লকপা অমা ফাওরম্মী । খোই শাবা ফত্তে হায়নবগী ৱারীশি অঙাং ওইরিঙৈদগী তাবা ফংলক্লবসু, খোই মহুম্না সনাবুলমুক চাউরকপা য়াই হায়বশিমদি কিদবা য়াদে ।

যুগীন্দ্রোগী ৱারী তারুরগা ঐহাক খোই মহুমগী মওং মতৌদু কুপ্ন য়েংনিংলকই । খজিক্তং নকশিল্লগা পাকথদুনা শ্বর থিংবমখৈ কুপ্ন য়েংলুই । মদুদা উরকই মহুম অদু ফজনা মপূং ফারবা ফুটবলমুক চাউরে । খুবীমুক লাওনা নোংপোক পাংনা চংথোক চংশিলগী মথোং অদু ফাৎলি । মথোংগী অকোইবা অদুগী মনুংদা মকোক লিৎথোক্লদুনা খোই ৭/৮ শঙদুনা লৈ । মখোয়দু মকোল

শঙবা, গেৎতা শম্ভ্রিগী দিউতি তাবা খোই ওইবা তাই । মহুমগী মচু অদু তসর মুগাগী মচুগা মান্নৈ । ফুটবলদৌনা কাউদুনা শান্নবা য়াগদবা মাল্লি ।

ঐহাক খোইদু তাম্থোক্লিংলে । শেল লৈবা লৈতবা থিবা য়াদ্রে । তানবদা চৎত্রবদি কমদৌবা ? অদুদি যম্ববা তাই । ফাবা হায়বশিনা খঙনরিবশি মখোই লোয়নমক অমত্তা নাম্থোকহন্দনা হাৎপনি । তানবা হায়বা অসিনা, লাই খুরুম্বনি, ধুপ তত্তনা কাহল্লগা মখোয় লৈবা নুঙাইতনবা হোৎনবা অদুগা পাইহনখিবা অসিনি ।

ব্রা থোক্লবদি শেল থোকই হাযবা মৈতৈগী পাওবৌ লৈ । লৈত্রে হায়দুনা লৈথোকপা য়াদ্রে । শেল পুরুবে । লাই খুরুমথোক্লে । মচিঞ্জাক পীখ্রে ।

হাকুমদি লাই খুরুম্বা নোংঙানবগা পাইখিবনি । হন্দকসু পাইখিগদ্রা খল্লম্বনি অদুবু পাইদ্রে । ইচা নুপী অনীনা ফনা কন্না ধুপ থাই অদুবু কান্নদ্রে ।

ঐনা খল্লি —

“ লাই খুকুম্বা হাযবশি পূক্লিংবু থাজহনবনি । পূক্লিংদা চিংনবা লৈরম্বশিং অদু কোকহন্নবা উপাই থিবনি । মখোযদা হায়জবা য়াবা পূম্নমক মাইবনা হায়জখ্রে । মচিঞ্জাক পীখ্রে । অদুনা হৌজিক্তি ফাবগা হাৎলবসু য়ারে । ঐগী পাপ লৈররোই ।”

মসিগুম্বা খোইশিং অসি হযিংখোই নত্রগা খোইবেলগা মান্নদে । হয়িংখোইদি মপী অমগী মতুং ইন্দুনা মখোয় পুল্লপ পাইরকপনি । অদুবু মখোইদি অহানবদা খোই অনি অহুমতা পাইরক্কনি । মহুম শাবা হৌগনি । অদুদগী মচা কোক্তুনা মশিং য়ামখৎলক্কনি । নৌবিউঙে, মশীং য়ামদ্রিউৈ অদুদদি লাই খুরুমদুনা তানবদু লাইবজাৎনি । থা ৪/৫ শুজিনখ্রবদি লাই খুকুম্বনা চৎনদে । থবক শুবা ঙম্বা খোই ২০০/৩০০ য়ৌখৎখি । মখোযগী মশীংশি জি পি সেরিজদা

হেনগৎপজাৎনি ।

লাই খুরুমগ্রবা মতুংদুদসু খোই মহুমদু লেপ্তুনা চাউখৎলকই । মাইবনা থাখাইমুক য়েংখো হায়রম্বনি । মদু য়েংলিঙৈদা ফনা হেন্না চাউখৎগ্রে ।

ইচা নুপী অনীনা হায় —

“ ঐখোয়দি কিবনা লোইরে । নিংঙোলনা তান্দৌনি হায়দুনা ঐখোয়না ধুপ থাবা চংঙি । মৈখু হেক ফংবগা খোই পাইথোরকই । চিকতৌ মাল্লি । খোইশি ফারশি বাবা ।”

মখোয়না হায়রিবসি চুম্মী । ধুপ থাবা চঙবদা চিকগ্রবদি কমদৌনি ?

ঐ খোই ফাবদা লেপলে ।

নোংঙানবগা মাইবগী ময়ুমদা চৎতুনা ব্রা তান্নরুই । অদুবু হৌজিক থব্রান চঙগ্রে, খোই ফাবা তৌহেদ্রে । মথং থা পানখৎলকপদা ফাশি হায়রক্লে ।

মাইবনা য়াক্ত্রবদুদা ঐহাক খরা ফুম্বংনৈ । মথং থা ঙাইবা তারবদি খোইদুনা তৌরক্কদবা মওংদু ভাবনা উরকই । যুগীন্দ্রোগী ব্রা ‘সনাবুলমুক চাউরকই’ হায়বদু নীংশিংলকই । খোই মশীং লিশিং লিশিং য়ৌরক্কনি হায়বদু মিংনা উবগুম তৌরকই । অদুদি করি তৌবা তাই ?

তশেংবমক থব্রান থাদা খোই ফাবশিবু তৌহেদবা জাৎলা ? করি অকাইবা লৈ ? মদুগী সাইন্টিফিক রিজন করিনো ? ঐসু ভাব তাদে ।

ঐহাক ইতোমতা খঞ্জে —

"খোই ফাবা হায়বশি অচম্বা থবক অমদি ওইরোই। মহু পানবা কয়াগা শীংনগদৌরিবনি। খোই মগুা তরুক চগুদুনা চিকখ্রবদি শিবা ফাওবা য়ানা অব্রাবা নংগদৌরিবনি।"

য়ুমদা ইংখোলদা খোই শাবা ফত্তে হায়বা অসি মহু পানবগা তত্তনা মায়োক্লবগী খুদোং থিবা অদু ওইবা তাই। খোইশিং অদুনা চিক্লবসু ককচেংনা চিকপগুম্না করিসু তৌদবা ওইরম্লবদি খোই শাবা ফত্তে, অব্রাবা নংঙি হায়নরিবসি হায়নরমদবসু য়াই। মরমদি য়ুমগী শাইজিন্দা, য়েন্নখা-লুখাদা, শম্বলদা উনা খোই শাবদা ফত্তে হায়না কনানসু হায়নদে। উনা খোইসু মী চিকই। অদুবু শাথিবদি নত্তে। ঙহাক নারগা ফখি।

খোই অসি ফাদবদি য়াদ্রে। অদুবু কনানা ফাগনি। মসি ঐঙোন্দদি অরুবা অমনি। ঐদি খোই ফাবগী আর্ট অসি ইমানা পোকপদগী অমুক্তংসু খগুলক্ত্রি বনি।

ঐনা তক্সি শোল্লি — খোইদু উবা নুমিৎ অদুমক্তদা ঐনা তাম্বোক্লবা হোৎনহৌদবা অসি য়াম্না লাল্লি।

কমদৌনি? য়ুগীন্দ্রোদু কৌরুগদ্রা? ময়ুমদুসু লাপখ্রে। য়ারক্কদ্রা য়ারক্লোইদ্রা ভাব তাদে। মথৌসু য়াম্না চিনবা মীশক্লি।

ঐখোয়নদি খোই মহুমশি লাইমুক কিনৈ। অদুবু চীংদদি খোই মহুমশি চাউর-চাউরগা মমল য়াম্বা হেল্লি। উখ্রুলদা, কোহিমাদা খোইবী নিংথৌ মচা য়াওবা খোইরা খুবাক অনীরোম পাকপা অমগী মমল লুপা ১০০/- রোম য়ৌই। চান্নবা মরুপ মপাং লাকপগী ফজরবা মথেল অমনি।

ঐখোয়গী সমাজগী কাংলুপ অমগী কনা কনাগুম্বা মৌনা মপুরোইবদা

ওইনজবগী ৱারী লৈ —

" ঐনা নঙগীদা চহি ১০ য়ুম পান্দুনা লৈরকপবু নোংমত্তা খোই মচা চরা অমত্তং পীজবিবা লৈব্রা ?"

অদুবু মদুগুম্বা খোই অদুনা ঐঙোন্দদি কয়াদা মথা শাহল্লিবনো ? ঐখোয়না থাজনৈ ইংখোলদা য়ুমদা খোই পাইরক্কুনা মহুম শাররিবা অসি ফত্তবা লাইনা ইমুংদুগী মী হাৎনবা থারক্লিবনি। অদুবু নোংপোক, চীংখৈ, অৱাং অমদি কৌব্রুদা শারবা খোইদি য়ুমদুদা অৱা অনা তাহনবা ঙমদে। অদুগা মৈরম, খা, মোইরাং লাইজিং, নোংচুপ্তা শারবদি অৱা-অনা, অশি-অনং থোক্কল্লি হায়না থাজনরিবনি।

ঐগা লৌরোন্নবা কুমারনা নোংমা ঐঙোন্দা হায়খি,

"তামো, খোই শাবগী ৱা অসিদি ঐদি পংকিদা কি। কুম অমা ঐগী মথা শঙ্গোইদা খোই শাখি। শারকপগা লাই খুরুমদুনা তানখি। অদুবু কুম অদু ঐ মনিং ৱাপলদগী ৱা য়াল্লুবদা ইলেক্ট্রিক ৱায়ার তৎলক্কুনা চিংখি। শিনিংচিৎতা হিংহৌই। অদুবু খরা লৈরগা, ঐগী ষন পোপা অদুদগী নাম্ম, খংহৌদনা ইনা নাদনা শিখি। কুমদু লৌ পানবদা য়াম্না ৱাখি।"

কুমারগী ৱাফমশি থাজবা য়াব্রা ? খোই শারমদ্রবদি মাগী থৌদোকশিংদু থোক্লমলোইদ্রা ? খোইনা মদু থোকহনব্রা ? নত্রগা নহাক অৱাবা থোক্কদৌরে হায়না খোইনা শাক্কিনা পীবরা ? মী মীগী ৱাখলগী অমদি অনিংবগী মতুং ইন্না আর্থ হনবা য়াবা ঙাক্তনি।

ঐখোয়না মসিমদি খন্নবা য়াই মদুদি অসূক মহু কল্লবা খোই অসি শারবদি খরা চেকশিন্দবা য়াদ্রে। মরমদি মসিনা চিকশ্রবদি শাথি।

ঐগী য়ুম মনাক্তা হৌরিবা হৈনৌ পাম্বী মচাশিগী মশা অমদা ইনেম নেমনা খোই মহুমদু শাবনি । মহুমদুনা চাউখৎলক্লবা অদুদদি হৈনৌ মশাদু কোম্বরক্কুনা খ্বাংমুক্তা ব্রাংবা মফম অমদা লৈরে । খোই ফাবা হৈবা মীনা ফারবদি খোইনা ব্রাগদবা মান্দ্রে ।

মাইবনসু য়ারক্লবা অদুদা কনানা খোই ফাগনি নুংনাংনরিঙৈদা ন্যেৎমা ঐখোয় মখারোমগী তাদা য়াইমগী মচা নুপা ইনাওদু শৎ ফাওরকই । হায়রে —

" খোইশি ফারনেবা ? ফার'দি ঐ ফাগে । হয়েংশি নুমিৎ ফৈ, হয়েং নুমিদাং ঐ ফাগে । করিসু তৌরোই ।"

ইনাওনা খোই মানাক্তা চঙশিল্লি । মথোং অদুদা মুন্না য়েংঙি । হায়রকই —

" খোই মচা খরদি য়াওরে । পংয়ামদি য়ামদে । খরমদি মচা ওন্দৌরে । মচা ওনখিরোইদৌবশিং অসি চরা অনীগাদি য়াররি ।"

ঐহাক আশা অমদি ফংলে । অদুবু পূক্লিংদা নুংনাংবা অমা ফাওবদি লেপত্তে । অসুক য়াম্বা জিবা ময়ামশি হাৎকদৌরিবনি । মদু পাপ নত্র ? খোইশি পংহাৎতা হাৎলগা মহৌশাগী খলদা করি অকাইবা থোরকপা য়াই ।

অমুকসু খল্লি —

হোইদা, লাই খুরুমখ্রে, মচিঞ্জাক পীখ্রে । মখোয়সু কোক পাইখ্রোদনা ? হাকুমদৌনা । ঐসু মখোয়বু হাৎনিংবা নত্তে । অদুবু য়ুম মনাকশিদা মখোয়বু করম থমনি । অঙাং নুবী কয়ামুক লৈরি । চিকখ্রবদি কমদৌনি । য়েক্লবগা মান্নরবা মখোয়বু শুম থম্বা য়াব্রা ? মখোয়না মহুম শারিবা মফমশি ঐগী শাইজিনগা হেক লোন্নবা মফমনি । খোই অসি শাঙৈদগী অঙাং অমত্তা অব্রাংথংবা য়েনখাদা চংঙু

হায়বা য়াদ্রবনি। অদুনদি খোইশি ফাবদা তাই।

হয়েং নুমিদাংদি খোইশিং অদু ফারগদবনি। ফাদুনা পুরগা মখোয়বু লমহাংদা, জঙ্গলদা থাদোক্লুগদবা নত্তে। ফবা হায়বশি হাৎপিগী অতোপ্পা ৱাহৈ অমনি। অরায়বা থবক নত্তে, জিবা হাৎপ্য হায়বশিসু ঐনা হৈনবা নত্তে। ঐহাক অঙাং ওইরিঙৈদগী হিংসা হৈনরক্তে।

হিংসা হৈনদে হায়দুনা অততাই লাক্লবদি চেনবা য়াদে। হন্দক্কিশি য়েক্লবনি। য়েক্লবদা মীনুংশি থম্লুবা য়াদে। কৈ মচা চাউনবা য়োক্লগা মপু চাথোকই হায়বা ৱা লৈ।

পুন্নমকশি ওইদুনসু ঐ মখোয়দা অরোইবা ৱা অমদি হায়নিংঙি। অরোইবা ৱার্নিং পীনিংঙি। লৈবাক মচা তাবা উৎনিংঙি।

"নখোয় লোইনা হয়েং নুমিদাং ফাওবগী মনুংদা পাইখ্রো। নত্রবদি হয়েং নুমিদাংদি ঐ নখোয়গা লাম্ব্রেংনবা তারে। লান হায়বশি অঙম অঙম্বা হাৎনবনি।" — ঐনা মখোয়দা অরোইবা ৱার্নিং অসি পীরমগে খন্দুনা খোই মহুম মনাক্তা চঙশিল্লি।

মতমদু ঐ ওফিস কারমদাইগী ফি শেৎলবনি। ঐগী অরোইবা ৱার্নিংশি পীগে হায়দুনা খোই মহুম মনাক্তা চেকশিন খোমজিন্না ঙহাক লেপ্লী। মিৎ উইশিল্লগা ঐগী ৱার্নিংদু পীরম্মী অদুদগী মাই লৈথোক্লুনা থোরকই।

লাপ্তক্লা ইতৌ য়েংলিবী ইচা নুপী অহলনা পাখৎনা থংকৌ কৌরকই —

"বাবা!"

মহাক মখা তারকখিদে। ঐসু করিনো পূক্লিংদা খনবতা ঙাইরিঙৈদা, খঙহৌদে

মিৎকুপ অমগী মনুংদা লব্রাই লেম্ফুদা কক চিক্লকপগী পংনাদি নাদবা চৈন অমা ফাওখি।

" এ: খোইনা চিকখ্রমাল্লেনে। "— ঐনা খঙহৌদনা হায়খি।

" নতুংদা খোই অমা তান্নরকপদু ঐ উই। হায়গে তৌরিঙৈদা চিকখিবনা হাল্লি। চিক্লল্লগা খোইদু থাপ্পা অব্রাং পাংনা পাইখ্রে। "

- ইচা নুপীনা হায়রকই।

"চিকখ্রবনিনা চিকখ্রে, কমদৌনি। করি হিদাক্লো ঐনা তৌগদবা ?" — ঐনা হায়খি। খোইদুনা চিকখিবদু ইনা নাদে। ঐনা খনখি — পংনাদি নাদবজাৎনিদা। উনাখোই, হয়িংখোইনা কয়ারক চিকখ্রে। হেক চিকপগদি মদুনা হেন্নদুম নাবোই নীংঙি। চিকখিবা মফমদু খুদোম্বীনা মাদুনা য়েংঙি। খরা খরা থুপলি থুপলি তৌবোই নীংঙি।

ইচানুপীনা চঙশিল্লগা শম হাইদোক্লুনা চিকফমদু য়েংঙি। হায়রকই —

"ঈ খিক্তং থোকই।"

"ফরেদা, চিকখ্রশনু। করিদি তৌনি। ঐ ওফিস কারগে।"

ওফিস কাবগী লম্বীদা ঐগী কোশি লুম লুম লাওরবা ফাওরকই। হম হম চীক্লকই। ব্রাখল লৈতাবা য়াদে। তয়াং তশোইবা ফাওরকই।

ওফিস য়ৌরে।

ঐগী ইনাওশিংদু ঙম্লা ওফিস কাবল্লে। ঐনা ইথেং থেংলে।

" ঐগী শাই হায়বা খোইবীনিংথৌদুনা চিকখ্রেনে ঙসিদি । হকচাংশি কাইদা অমা তৌই । ঙসিশিদি থবক শুবা ঙমনি ইথা থাজদে ।" — ঐনা হায়খি ।

ঐগী ৱাশি তারগা তোল্লপিশক্লা হায়রকই·

" ইস ! য়াম্না ফত্তবনিনে । করম্না চিকখ্রিবনো ?"

তাঞ্জাদুদা কোঙ্গতেবল যুগীন্দ্রোদু ফুৎ ফাওরকই ।

তোলপিশক্লা শমথরকই —

" ঐখোয় তামোশি ঙসিদি মাগী খোইদুনা চিকখ্রেয়ে । "

যুগীন্দ্রোনা ইপা পাখৎলি ।

"ইস, লাইহৌ ফাওবা তৌবনিনে । হিদাকসু লৈপোৎতে ।"

খোইবীনিংথৌনা চিকপদা কোকতা সুক য়াম্না চিক্কল্লিবশি করিগীনো ? হোই, মখোয়গী মমিৎতা কোক্কি শম অমুবা অসিনা হেন্না এত্রেক তৌরম্বা য়াই । অদুগা মখোইনা চিকপা অসিমক্তবু, থাঙ্গোল মানবা ময়া মথক মখাদুনা শদুম ফকপনি । অদুগা হু থাজিল্লম্বনি । শদুম ফকপদুনা ঈ থোকপনি ।

যুগীন্দ্রোনা হায়রকই —

"খোইদু ফাদোক্লো তামো । অদুবু তাহাবা য়াদে । খোই অমত্তা নাহ্বোহনখিবা য়াদে । নাহ্বোকপা য়াওখ্রগদি য়াম্না শাথিগনি । মখোয়দি মখোয়দা কাইহৌরকপা মী মশক খংঙি । ঈশিং মনুংদা লুপ্তুনা খাঙখ্রবা মী ফাওবা ফাওগৎলকপা ঙাই হায় ।"

যুগীন্দ্রোগী ব্লাফমশি মাইখনসু হান্না হায়খ্রবা ব্লাফমনি ।

" ইবুংঙো খোই ফাবদা খোই অমত্তা নাম্থোকহনখিবা য়াদে । ফারমদাই মমাঙদা লাইনিংথৌদা ধুপ থাওমৈ কৎতুনা — 'ননাই ঐ লান চৎচরুগে, মঙ্গোল পীনবীয়ু হায়না বোব নিগদবনি । ফারুরগা হল্লকপদসু লাইনিংথৌ লৈমরেল অমুক খুরুমগদবনি । লাল মঙ্গোল ওইবগী পাউদমগদবনি ।"

খোইগী মহু অদু ঐ হৌজিক ফজনা খঙলে । মিৎ মাই ইপং পংথৈ । হম হম চিকপনা ব্লাখল লৌশিং ইথোক থোক্তে । খুবাক্লা নান্দুনা য়েংলুবদা খোই চিকফমদু শাথিনা পোমখৎলে ।

ঐনা খল্লি — খোই শাবগী দোষা হায়বা অদু মসিনি । চিকখিবশিনি । অতৈদি পংহাই হায়বসু ওইবা য়াই । খোইদু শাবা হেক হৌরকপগী মখোই অনী অহুমতা লৈরিঙৈদুদা ঙস্তানা তাম্থোকহৌবনা খ্বাইদগী ফৈ ।

নুমিৎতু ঐ থবক শুবা য়াদ্রে । হকচাং খিরুম খিরুম তৌবা ফাওরকই । ঙস্তানা ছুটি লৌদুনা হল্লক্লে । নুমিদাংব্লাইদদি পোমখৎপদু লুখম য়ৌরকই ।

য়ুম কুল্লমদাইদা ঐনা হায়রম্মী —

" ঐঙোন্দসু মখোয়না লাল্লক্লবনিনা, ঐনা মখোয়বু ফবদা ঐগী দোষ লৈত্রে । হয়েং নুমিদাংদি শোইদনা ফাবগনি । খোই অমনা চিকপদা অসুক নারবশিনদি খোই ৭/৮ চঙদুনা চিকখ্রবদি মী শিবা য়াই হায়বশি চুম্না তাই ।"

ঙসিদি খোই ফারগনি ।

নুমিৎতু ঐ ঙাত্তা ওফিসতগী হল্লকই । নুমিদাং পুং ৮ লোম তাবা মতমদা খোইদু ফাশি হায়না ইনাওনা হায়রম্মী ।

## খোই মহুম

খোই ফাবা হায়বশি নুমিদাং নত্রবদি য়াদে। মদুসু ঙন্তানা ফাবা য়াদে। খোই পূম্নমক মহুমদা চঙখিবা মতম ঙাইদবা য়াদে। মচিঞ্জাক থিবা পাইখিবা খোই অসি থাপ্পা পাইমনখিবদগী মহুমদা অমুক হল্লকপদা নুমিৎ তাখিবা য়াওই। খোই ফানবা হোৎনবগা, মখোয়না হল্লকপগা মপা চান্নরুরবদি, মদুদা চিকখিবদুনা অমুক্কা শাথিবা হেল্লি। মহু হেন্না কল্লি। শাওরগা মহু কনবা হেনবশি মহু পানবা পূম্নমক্কিনি।

সাধারন ওইনা নুমিদাং পুং ৮/৯ অদুৱাইদদি খোই পূম্নমক মহুমদা হল্লক্করে। থেংদা থেংশ্রবদি, মখোয়সু মফম অমদা অহিং য়ারেক্কুনা লৈথোকই। নোংঙাল্লগা পাইরকই।

নুমিদাং পুং ৮ তাখ্রে। ঐহাক লানগী থৌরাং হৌরে।

ঐগী ফর য়াওবা জেকেৎতু লিংশিল্লি। খোংগ্রাউ শেৎচিল্লি। খোংঙুপ উপশিল্লি। ঐগী খোংমোজা অশাংবদু শীজিন্নে। খোংগ্রাউ মতোলদু মোজা মনুংদা নমশিল্লি। শউনগী খুৎ মোজা উপশিল্লি। পূম্নমকশি লোইরবা মতুংদা ৱিন্দ স্ক্রিন য়াওবা হেলমেৎ অদু উপশিল্লি।

ঙরাং অয়ুক চিকখিবগী চৈনাদু ঙসিনা হেল্লি। পোম্বদি হেনগৎত্রে, অদুবু হম্বদি হম্বদ্রি। তশেংবদি ঙসিগী লানশি ঐ য়াওনিংদ্রবনি। অদুবু অততাই ওইবগী চেনবা য়াদবনিনা ঐহাক লানগী শাজেল তৌরিবনি।

খোই ফাবগী ঐগী ফিজোলদু উবদা ইনাও নুপাগী মচা ননাওনা হায়রকহ·

“ ঐখোয় পাহলশি থা কাদৌরিমাল্লে।” ফিজোলদু শেৎলগা ঐ সনা মহি কাচিন্দা চঙলে। লাইনিংথৌ লৈমরেল খুরুমলে। অদুদগী লানগী যাত্রা তৌরক্লে।

ইনাওদু মতম চানা লাকই ।

মহাক্তি ইচম চন্বা কোককি তুপী য়াওবা ব্রুইন্দ প্রুফ জেকেৎ অমত্তমক লিৎলকই । খোংগ্রাও ফাওবা শেৎতে । খুদৈ শেৎলি । অদুবু লৈ মশা ককপদা শিজিন্নবা অথৌবা কাতি অমদি পাইবকই । কাত্তিদু য়াম্লা থৌই । খুবীমুক চাউবা উশা অমা, খুচপ অমুক্তা সেকেন্দ অমগী মনুংদা কেল্লি ।

ঐগী ফিজোলদু উবদা ইনাওদু হাইফেৎ নোকই । হায়বকই —

" লাল চঙলশি কাকা । অহোবা য়াওদবা বোবাখাও অমগা তোর্চ লাইটকা পাইরকউ ।"

মপান্দা থাল্লম্বা ইলেক্ট্রিক্কি মৈ পুম্নমক মুথৎলে । তোর্চ লাইট পাইদুনা ইনাওদু খোই মনাক্তা চঙশিনখ্রে । খোই মহুম অমদি অকোইবা অদু তোর্চ কাপ্তুনা য়েংঙি । মথোংদা তোর্চ কাপশিন্দুনা মুন্না য়েংলুরগা হায়বকই —

"খোই ৭ খক মথোংশি শংলি ।"

তোর্চ লাইতু হাইদোবকপদা শোইবদগী হৈনৌ মশা অমদা থেংখি । মহুমদু খজিক্তং নোম্মী । শংলম্লিবা খোইশিংদু মরী মবী থোরকই । মহুম মথক্তা কোইনা চৎতুনা য়েংঙি । পাইবমক্তি পাইথোরক্তে ।

ইনাওনা হায়রকই —

' য়াম্লা সেন্সিতিভ ওইবা জাৎনিনে । মখোযশি চঙখিদ্রবদি থবক য়াররোই । ঙহাক ঙাইশি ।"ফনা কুইনা ঙাইরে । মখোয় মকোল মনুংদা পাক চঙদে । মখোয় ময়ামদু কাতু কাবন কোইচৎ চৎতুনা লৈ । ঙশাইগী থোংশঙবা খোই ৭ তুদগী মশিং হেনগনি । মথোং ময়াদসু হান্নগুম খোই খরা অদুম শংলি । মশিংদি

থিরুদ্রে।

হাইফেৎ কুইনা ঙাইরবগী মতুংদা ইনাওনা অমুক চঙশিন্দুনা য়েংলুই। হায়রকই —

" য়ারনি কাকা। বোরাখাওদু পুশিন্দুনা ঐহাক চঙশিল্লি। থৌনা লাকই। ইনাওদি করিসু থৌশাদে। মশা শাজেলসু তৌদে। থবক অয়াম্বসু মানা তৌগদবনি। ঐদি মাগী মতেং পাংবতনি। অমরোমদা ঐগীদি কিনিংঙাই করিসু লৈত্রবনি। খোই পাইথোরক্লবসু চিকফম লৈতে। লোইনমক প্রুফ ওইরবনি। লানগী স্ত্রেতোজি তাক্লদুনা ইনাওনা ঐঙোন্দা হায়রকই —

" বোরাখাও মচিলশি কাকা ঐখোয় অনী চঙদুনা ফাক্তোক্লগা, খোই মহুমশি উশানে করিনে পুল্লপ বোরা মনুংদা চঙহনখিগদবনি। অদুদগী বোরা মচিলশি ঐখোয়নি চঙদুনা খুৎলৈ থুনা শুপচিল্লগা খোই মহুম শারিবা মশা মচাশিগা কোন্ননা পাইশিন্দুনা থমগদবনি। খোই শারিবা উশা মচাশি ঐনা কক্কনি। রেদি, ৱান-তু-থ্রি দা চপ মান্নশি।"

শোইবা য়াদবা থবক্লি। অনীরক্ক হনবা য়াবা পোৎশু নত্তে।

অরাইবা থবকশি চেকশিনমনবদগী করিগুম্বা কান্দা শোইবা য়াওই। ঙসিগী থবকশি কা হেন্না লুবাদি নত্তে। অদুবু লুবা অমত্তংদি, শোইবা য়াদবদুনি। শোইবা য়াদবা থবক্তুনি, অরুবা থবক হায়রিবশি।

হেরা মেত্রিক পরিক্ষামুক লুবা নত্তেদা। কিদ্রগা পূম্নমক য়াবনি। মসিদি ৱিল পৱারগী ৱানি। ঐ চঙশিল্লি।

ইনাও ইবানিনা বোরাখাওদু শেম শাই।।

ইনাওনা হায়রকই —

"রেদি, ব্রান-তু-থ্রি .......................!"

মিংনা কুপ্পদা ঐখোয়নি থবক্তু পাঙথোকমিন্নে । ঐনা মচিলদু চেংনা পাইশিল্লি । ইনাওনা উশাদু কল্লুকই ।

হৈনৌ মশা অমগী মতোল ওইরপ্পা মফমদা খোইদু শাবনিনা থবক্তু পাংথোকপদা খরা কোম্না থোকখি ।

লিংফম লৈত্রবা, লাংদা থুববা খোইয়ামদু অচৌবা বোবাখাওদুগী মনুংদুদা পূন্না পাইথোরক্লমাল্লে, মখোল তারকই —

"ভুরুং ! ভুরুং ! ভুরুং ."

প্লেন পাইখৎলমদাইদা নিনবগা চপ মান্নে ।

ঙসাই মখৈ মন্নবা মপানদু ইচা নুপানা মৈ থানগৎলকই । ইঙাল ঙাল্লি । ইচানুপী অনীদু নোকমী নোকমী তৌই ।

খোইয়ামদু বোরা খাও মনুংদা ঙোরোং ঙোরোং ঙংবা লেপতে । থৌরি মচা অমনা বোবা মচিন্দু চেংনা কিশিল্লি ।

বোরা খাওদু মমাং পুথ্রি তান্না ঐনা মচিলদা য়াল্লগা পুথোকই । থোঙ্গা মনাক্তা থাদৈ । পোলাংখোক লৌথোক্লগা বোরাদু ঈশিং মনুংদা নমশিল্লি । ঙহাক থম্লবা মতুংদুদদি, বোরাদু নীংথিনা চোৎলমাল্লে, অয়াম্বা শরুক লুপথখি । ঙহাক লৈরগা লোইনা লুপথখি ।

ইনাওনা হায় —

“খোইশিংদু শিনবা পুং অমরোমদি ঈশিং মনুংদা তিংদুনা থমশি ।”

খোইশিংদু ঈশিংদা লাকশিন্দুনা থমখিবা পুং অমগী মতম হেনখ্রে । ইনাওনা হায়রকই —

“কাকা, খোই বোরাদু লৌখৎলুরশি । খোই মপীশিংদু শিরম্বা য়ারে । ”

“হয়েং নোংঙাল্লগা লৌখৎপনা ফত্রা  শিরমদ্রবদি কমদৌনি ” — ঐনা হায় ।

“তাঞ্জাদুদা ইনাও নুপাদু লৈয়েং ফাইরি ফাইরি চঙলকই । হায়রকই —

“মিনিট মঙা ঈশিং লুপ্পদবু শিরোইদৌবা কনানো ? পুং অমা হেনখ্রবু ঙসাইনা তিংলম্লনি ।”

ঐনা হায় — “ কৈদৌগে নখোয়বু, নোংঙাল্লগা লৌখৎলশিনে ।”

“ য়াদে । কাকাগী খোইশি মচা য়াম্না য়াওখ্রবনি । হয়েং নোংঙাল্লগদি খোই মচাশিংদু পুমখ্রনি । চাবা য়াররোই । উখ্রুলদা খোই মচা অমগী মমল কয়ানো ?”

ইনাওনা খোই ফাবদা থব্রাই অসুক য়াওরম্লিবগী মরম করিনো হায়বদু ঐ হৌজিক্তা ভাব তারকই । মাগী ব্রাশি ঐঙোন্দদি অরুবনি ।

ঐ মখা তানা পাওখুম পীনিঙাই লৈতে । অদুনা পুখ্রিদা অদুম চৎলে । বোরাখাওদু লৌখৎলুরে । শুমাং ফাওবা য়ৌরকপদা মচুম ফনা য়াম্না তাখ্রে ।

ইনাওনা বোরা মচিল কিরিবা থৌরিদু থোক্লবা বোরা থাঙ্গৎলুই । তাঞ্জাদুদা বোরা মনুংদা অকিবা মওংদা ঙংলকই —

“ঙোরোং ! ঙোরোং ! ঙোরোং !”

ঐখোয় পুম্নমক পাখৎলি । অমগা অমগা য়েংনৈ । ইনাওদু মমিৎ মনা চপ য়ুংঙি । বোরা মচিন্দু হেন্না চেৎনা কিশিনখি ।

মিনিট মঙাদা শিগনি হায়না থৌনা ফরম্বা ইনাও নুপাদু মমিৎ ঙোরোং ঙোরোং ওনখৎলকই । হায়রকই —

“করম্বা জিবনোনে ! অসুক শাথিবশিবু !”

ঐনা হায় —“কান্নররোই ! কনানো ঈশিং অশাবা কোর্ফু মচা অমত্তা লুম্লকউ । মতমশি য়াম্না থেংথ্রে ।”

ইচা নুপী অতোম্বীনা খুদেং অচৌবদু পু থোবকই । ঐনা বোবাখাওদু খুদেং মনুংদা হাপচিল্লি । মমানা ঈশিং লুমখি ।

ঈশংশি শৌরে । মমানা থাংদোবকই ।

ঐনা তপ্না তপ্না অশৌবা ঈশিংদু বোবা মথক্তা হৌজিল্লি । বোরা মনুংদা ঙংলম্না মখোলশিং অদুস তপ্না তপ্না নেমথখি । পুংলেপ লেপখি । মিৎকুপ অমগী মনুংদা উন ন্নাইমুক চিৰ্কাখি । ফক্লাং ঘরিদা নোংয়াইগী পুং ১২ গী কাংশি য়ৈবকপদুনা অচিকপদু থুগাইখি ।

ঐহাক মাইবগী ন্না নীংশিংলকখি । সানামহি কাচিন্দা চঙদুনা ন্নাইনিংথৌ খুকমখি —

খোই মহুম

"ননাই নশু লান লোইদুনা হঞ্জর ক্লে । লাম্দু ঐনা মায় পাক্লে ।"

অদুগা, চহিদুগী পোইনুগী চাথোক্তি কমদৌখি ?

নোং নীংথিনা চুখিদবা অদুদা নাপী কনখি । লৌওন অনীরক পেংখি । খুৎলং মশীং হেনখি । শেল ডবল চঙখি । অদুবু লাইবক ফবদি, ফৌথোক্তি মহৌশাগী চাংদা লৈখি । কুম অদু অতনবা লৌমী খরগীদি ফৌথোক হন্থখি । নাপী কনখিবদুননি ।

ঐগীদি ফৌথোকমক্তি হন্থখিদ্রে । মদুবু খোইদুনরা ? ডবল খরচ অদুনরা ?

ইম্ফাল

তাং ৪ । ১২ ৯৪ ইং



কাংঙুজম মধুমঙ্গল সিংহ, খ্: কুম ১৯৪৪ গী এপ্রিল ২৮ ইরাই নুমিৎতা ককব্রা লমদাইবুং, ইম্ফালদা পোকখি। ওজাগী শিনফমদা চহি ৫ রোম থবক তৌরম্লবা মতুংদা, জর্নেলিজম্বু পামজমনবদগী ১৯৬৯ লোইরমদাইদা "প্রজাতন্ত্র" দা পাওমী অমা ওইনা চংখি। ১৯৭৪ গী এপ্রিলদগী হৌজিক ফাওবা খবরশিগী ইদিতর ওইনা থবক পুরক্লি। মহাক্না ১৯৬৯ দা ইখিবা "হেদ মাষ্টর" (ড্রামা) অসি চহিদুদা পাংথোকখিবা মনিপুর সরকারগী নিও-লিটরেৎ বুক কম্পিতিসন্দা অহানবা মনা ফংখি। ১৯৬৯ দা লাইরিক্তুং ফোংখি।



**Petelin Publications Imphal**
**Manipur**